উইলিয়াম সেক্সপীয়ারগি

# হেমলেট

## দেনমার্কি যুবরাজ

মৈতৈবোন্দ হন্দোকচন

জি, সি, তোংব্রা
লেকচরর, ইম্ফাল কোলেজ।

মমল লুপা ২.০০ ১০

# ৱাহৌদোক।

লিলাসি শক্লপ সেক্সপীয়াৱগী লীলাগি মতোংমখে কায়হন্দন হন্দোকচৱনি ইংলিশত পাৱ ঙমদৱ নত্রগ তনৱ ইবৈৱাকমচাশিংদ খৱদ ওইৱৱক্ষ অংকাওৱ নিপাতুগি মতৈতু খঙহনজনিংৱন। চে ংম চংদনৱ অমসুং খুং কোইদনৱ শৈৱে মঙ blank Verse পমজদ্রে। অদুবু লীলা ওইন শান্নৱদ নত্রগ পাৱদ শৈৱে হগি মহাওতু মাংদনৱ হোৎনৱে। কয়া য়াম্ন হাওৱ হাওৱন কানৎদি নপাৱ অমদি লীলা ওইন শান্নৱদ তাৱিৱ ধাংদ। বিচাৱ লৌৱিৱদ লৈৱে। মণিপুৱদ কয়া খঙনদৱ পোৎচৈ নত্রগ চৎনদক ংখীন্দা পুদা খৱদি শেমদোকচৱ, মতুন লীলাতুগি ঈচেন্দ কবিস্ত অপনৱ পীৱোই হায়ন নীংজৈ। কবিমক কায়দন চপ হেক মান্নন হন্দোকপ পাম্বিৱ হাওৱম্ব য়াই, মতু ঐগি মোক্তা মণিপুৱগি ভাৱোক্ত হৈননি নীংজদে। চপ চানৱ ৱাৎপ ৱাহৈৱাতা খৱ য়াওৱম্ব য়াই, মতুবু চহি ৫০০, গি মমাংদ লাম্প্রৱ ইংলণ্ড শানৱম্ব লীলা মতমসিগি মৈতৈৱোন্দ হন্দোকচৱনিকো খনবিতুন খৱ মৈৱদি ইৱালতু ঙাকপিগনি নিংজৈ পুকচেল চাওৱশিংন।

মণিপুৱগি Education Department ন চানবিতুন লাইৱিক অসি নম্বগি মতে লুপা ৫০০ পীৱিখি মতুগি লম্মন তোঞ্জৱে কাওৱ য়াদন। মতুগি মথক্ত ছাপা নম্বগি ৱাৎলিৱ অয়াম্ব খৱচ অতু Gandhi memorial Press কি পুকচেল চাওৱৱ Proprietor

মচিন মনাঙন পুবোক্গা নখ্বিবাগিদমক পুন্সিচ্যম লখ্মন তোঞ্জা লাইবিক আসি পাবিব নঙ্গগ গাঙ্গা। গুইন য়ে বিব ইবু ডো ইবেন্মা শিংন সেক্কাগোয়ার্বাগ খুংইদগি খবদং কান্নবা ফ বিখ্রবদি অরেখ্বদ লখ্মন তোল্লুব নংও অনস্থ ব্রাকব নংও নীংজানি।

জুন, ১৯৬৫ ইং।

জি, সি, তোংব্রা

# উইলিয়াম সেক্সপীয়ার।

ভারতকি ফাওরব কবিরেন কালিদাসকি পুন্সিগি মরমদ অশেংব মুন্না থঙনদবগুম লীলালেংব লাইপোক অমস্তুং কবি সেক্সপীয়ারগি পুন্সিস্তু লৈচীন নোংফাই কুপ্পন অকুপ্প মরোল মুন্না থঙনদে। পোক্লব মতুং ন্নমিৎ থব লৈবগ মাবু খৃষ্টান অম ওইনগিজ্জাদ মমিং চনখিবসি ১৫৬৪ ইংগি এপ্রিল, তাং ২৬ তনি। মপাগি মমিংন জোন সেক্সপীয়ার অমস্তুং শাগেজাং ফবী মমাগি মমিংন মেরী আর্দেন। মপাহু অহানবদ লৌ উব, শত্তুম য়োনব ওইরম্মবস্তু মহাক পোকপ মতমদদি কিভম থব ফাংখ্রে, ম্যুনিসিপাল চেয়ারমেন অমস্তুং ওনোরেরী মেজিষ্ট্রেট ওইখি নুংঙাইন হৌরকপ মচানিপান চহি ১৩ শুব মতমদদি মপাগি কিভম কয়া ফংবি নীগি লম্মন তোনবগি য়াথোরকখি, মকম তোকখি। মাগি পোক্নভম লমদম ষ্ট্রাট-ফোর্দ গ্রামার স্কুলদ লাইরিক তমখি। মপান নংথরক্রব মতমদদি মাগি লাইরিক লাইস্তু তম্বগি মরমদ মপান নিংথিন য়েংশিনব ঙমগিদে।

নহা ইনখৎলকপন ভাগ্নগনব মতমদ সেক্সপীয়ারস্ত লমকেং লমহাঙবগি থৃদম কয়া ঊংখি। অনক্তি মঙোন্দগি চহি ৮ হনবী লৈশাবী অম চেল্লই। লোঙ্গা হৈরাং-মক পনগিবগি য়াথোক, নেমথহন্নবগিদমক চহি ১৮ দ ঙাইরিভৈদ উইলিয়াম সেক্সপীয়ারন ষ্ট্রেটফোর্দকি খঙ্গং অমদ লৈবী, চহি ২৬ শুববী এনী হেথোবেগ মমুম পানব তাখি নিংথিন পান্নখিব্রা পারগিদব্রা মুন্না থঙনদে, পুন্সিগি মমৈরাইদ

মুংঙাই-গাইফন পানখিব লীলালেংবসিন মুপীসিগিদম। মতৌ থনমদে খ্বাইদৈ ফবগি মথং কাংথোন্দু. কোন্নব পোংচৈগ লোইনন, মুপীসিদ পীনব মাগি উইলদ ইবম্মি।

চহি ২ রোম লৈবগ অমুক মহাজন অমগি তিঙ্গান্দ লোন্ন চংতুন শজি হাংপ য়াওরুবগি রাথোক্ত পোক্রভম নামদম থাদোক্তুন মতম থব চেনব তাখি। মথংগি চহি ৮ দুগি মরমদ কনিমত খঙনদে। কনান হায় সিফাই থল্লুই, ওঝা ওইবংই, লীলা য়াওব শগোন তোং-বশিংগি শগোন শেন্নে.. .....

মাগি পোকফম অমস্তুং মোংভম ওইনখিব ষ্ট্রাটফোর্দ-এ-ঋবগি ইংলণ্ডগি লৌরাই ওইন তৌবম্ব রাবউইকসাইয়াবগি খৈদেন কাভম অমনি, এভোান তুবেল মপান্দ লৈ। মফম অদুগি নাবক লমহাং, কৈকোন লৈকোনগি ফজবচুন কবি সেক্সপীয়ারবু মমিং থোকহনগি, মনা শিংচনখি। নামদুনি ফজবশিংদু মাগি লীলা অমস্তং শৈরেং বগাদ ময়েক লান যেক্লম্ব উই।

ইং ১৫৯২ দ মহাকবি লণ্ডন্দ উনখি, ফম্নাকলীলা তুগিনলগ "অমনব লীলা অহনব মান্নব ফোংখি, শেমদোকখি।" মদু মাগি গেক্রব লীলা লেংবন হায়খিব রানিন অচম্ব থব যাওননানি অদুনদি সেক্সপীয়াবব্ মীন থনব হৌখিবসি লীলা ফোংপনি মাদুমীরান্ন পান্নব হৌখি, হান্ন লৈবম্ব লীলালেংবশিন মাদ কনারখি অমস্তু অমস্তু ফোংপিয়ু মেনাযু য়াব মীচম লৌমী অমনি হায়নিখি লীলা লেংবশিংম। লীলা কাংবুগি লীলা লৈত্রব মতমদ মান মেনাখংনব ওইনম্মি অমস্ত চহিদ চাংচং ওইন লীলা ১'১ ইগি, লীলা ইবদ

অহুগ মীচম্নগম্ম অমত্ত ওই। মহাক্কি মুমিংকুম্ন পুকচেল চাওব লেখক খ্বাইগি ওইব লাইপোক্নি।

অফাওব critic শিংগি মতৃংইন্ন সেক্সপীয়ারগি পুক্নীংন মথং মথং চাওখৎলকপগি মমিত্থু মাগি লীলাশিংদা মমি ত্থাম্ন থায়নৈ।

ওল্লিবৈ ( ইং ১৫৯১—১৫৯৫ ) ইথিব লীলা ঐতিহাসিক Henry VI, Richard II, King John ; কমেদিজ :— The Comedy of Errors, Taming of the Shrew ; Love's Labour Lost ; Two Gentlemen of Vevona ; A Midsummer Night's Dream. টেজেদিজ :— Titus Andronicus ; Romeo and Juliet

মহাক মতাংসিদ তমখৎলকপদৌন তৌবি। প্লোট য়ান্ন চেক-শিল্লি, মফম মতম চানবগি নিয়ম পূমথা থাদ্রি, ম্নাইহন মপান্ন শাহনব অমম্মুং হৈশিংব উৎপ পান্মি। মতাংম্নুরাইদ সেক্সপীয়ারবু মীরমচৎ উদ্রি হায়বদি য়াদ্রবম্মু মন্নুং হজিন্নদি য়েংশিন্দ্রি। মান থরাই তাজরিবসি মরন্নাই মওলান অমম্মুং মরোশিং উৎপদনি—; তাইবংপানগি অশেংব ওইবত্থ কিংন উৎপদ খোইদাদ্রি!

ময়াইদ ( ইং ১৫৯৬—১৬০২ ) ইথিব লীলা ঐতিহাসিক :— Richard II ; Henry IV অনী ; Henry V ; কমেদিজ :— Merchant of Venice ; Much ado about Nothing ; Merry wives of Windsor ; As you like it ; Twelfth Night, All is well that ends well ট্রেজেদিজ :— Julius Caesar ; Hamlet ( ইং ১৬০১ ) ; Troilus and Cressida.

হায়নরিবত্নন চুম্নবদি সেক্সপীয়ারসি ৫৭ লোম্বু শুব তারি।
হিরম অসিদ খরদং থডবিনিংলবদি ঐন মৈতৈরোন্দ হন্দোকচব
ওথেল্লোদ পাবিয়ু।

## হেমলেট

"হেমলেট" কি মবমদ modern hakespearian critics
ন হায়নৈ: "The character of its hero has Probably
exerted a greater fascination and c rt inly has
been the Subject of more discussion than any
other in the whole literature of the world .Fit
Subject for a life time of Study" মাগি অশেম্ব মীসিদ
নৈনবত্নম্ন পৃথ্বীগি সাহিত্যদ নৈনব অতৈ লৈতে। হেমলেটকি লীচংতু
লীলাসি পাবিরগ নৈনব মুংঙাই মুংঙাইতে খডবিনি। মুম্ন খডবস্ন
লুব জাংনি—"The greatest of all literary I roblems,
the understanding of Stakespear's "Hamlet"

Saxo Gramaticus হায়ব নিপা অমন ১২ শুব শতাব্দিগি
অবোইবদ লাটিন্দ Historia Danica খোমজিনখি, মত্নগি ওশুব
লাইরিক্ত Hamlet কি য়াবী Shakespeare ন ফাওহনখিবত্ন
য়াওখি:--Amleth কি মপাত্ন জুটলংগি Governor ওইরম্মি।
মঙোন্দ দেনমার্কি নিংথৌন মচানুপী Gerutha লুহো তুন থাজখি।
মহাক্ত Norway গি নিংথৌবু নাইতোম থেংনবদ হাংতুন মমিং চংখি।
অত্নবু মনাওনুপা Feng ন কল্লকপদৈ লোম্ন হাংখি, মফমদ কাখি,
মুপীন্স লোৌহোই। নহা ওইরিব Amleth ন মরো চাওরব মখুড়া

হাংলগ লম্মন থুমগে লেপখি, তান চাব ভাইবদ অপভব অভাওব শাক্তিন্নখি............থবক্ত ইচংরাংপ উংখি ...... অসিনচিংব। ইং ১৭৮০ দ "হেমলেট" হায়ব লীলা অম লণ্ডন্দ শান্নখি হায়। লীলাতু Thomas Kyd কি Spanish Tragedy গ মরী লৈনৈস্থ হায়। খর অমন হ্বারীতু Italy রোমগিনি হায়। Gonzago হাংপগি Scene লীলাসিদ য়াওরিব অমস্থুং হেমলেটকি মরোলদ—"The Story is extant, and written in very choice Italian'... অক্লগ নাকোংদ হু হৈজিন্দুন তুমলিভৈদ হাংখিবগি হ্বাসিনস্থ Denmark লোমগি হ্বারীগ মান্নদন ইটালীরোমগিগ চানবমাল্লি। অমদৈবু ওইরবস্থ অমদৈবু ওইরবস্থ মীচম ঐথোয়ন থঙবদ কান্নবৈদি Shakespeare দি হ্বারী অম হেক্ত পূরগ ইথি হায়বসিনি।

সেক্সপীয়ার লৈখিদ্রব চহি ৭ কি মতুংদ Prompt Book থুন্নাং চাবব মথাং মথাং শিন্নিরবদৈ অমস্থুং শিনব হ্বাদনব অফাবদৈ নিংশিংতুন ইথিবদৈ 1st folio নমখি হায়। খর অমন সেক্সপীয়ারগি খুংইমক্তগি কুপ্ন চুমথোক্লগ নমথোকপন মথোয়গিন চুম্ব হেল্লি হায়নৈ। মান্নদব খর য়াওবতুন অয়াপ্ব মীচমগিদি থোইন কায়রোই নীংই। ঐন হন্দোকচরিব The tragedy of Hamlet, Prince of Denmark অসি T. D. Wilson গি থাজব য়াব Edition দগিনি।

ক্রিটিক খরন সেক্সপীয়ারগি হেমলেট হায়ব নিংথৌমচাতুবু অহিংব মী নত্রগ ইতিহাস্ত য়াওব নিপা অম ওইন লান্নন লৌব য়াওই। Prospero গুম্ন মিত্রং হৈ হায়ন খ্বাইন সেক্সপীয়ারবু লৌ-

নবদৈনি , মাগি লীলামীশিংহু লাইবিক নম্রগ Stage গি মপান্দস্থ হিংলমদৌবোই নিংনৈ। মপা শিগ্রিইডদ হেমলেট কমদৌবিনি---উইটেনবর্গত লাইব্রিক তম্নিৈ---ওফেলিযাগ অহানব মুংশিনব হৌ-বকপদ ·· ··? মাগি লীচংতুবু মমাগ Oedipus complex লৈব্রা? অসিগুম্ব ব্রাহং ক্যাসিগি মতিকচাব পাওখুমদি "A play is not a mine of Secret motives লীলা হাযবসি অবোনব পুকখল কয়া ফুম্লস্ব খোং নপ্তে পণ্ডতৌদ তৌহুন খিববদি য়োংপাক্তন লীলাগি ফল্লাংতু ফাওন য়াম্নুংলুব য়াই। খবন অমুক হেমলেট যুববাজগি অশোইব থিবগি মতুং হেমলেট লীলাগি অশোইব খিনৈ মতুগি পাওখুমদ মথোযন শীনৈ : kyd কি অমনব লীলাদ সেক্সপীযাবন শৈবেং-সাবী শেংপিবনি, লীলাগি মথৱাইমক হাপ্পদি ডমখিদে। মবমতুন যুববাজগি লীচংতু ডাওচং ফৈজংনবনি। মতুগি মুবদ T. S Eliot ন লীলাসিবু হাযখি, "most certainly an artistic failure"---ফজবব মশোয অম। ইতিহাসকি অানোক উপ্রগ যেংবশিংন ইলিজাবেথকি মতমদ শৈবস্ব ভূত থাজব কিনব ভাবোকশিংন মুংঙাইন উবস্ব লীলাগি ফজবত্ চপচান উব ফংদে। বাহং অতৈ কথাস্থ হংনৈ: হেমলেটকি চহি কযানো? ভূতপু মান থাজব চিংনব কবিগিনো? ওফেলিয়াদ অমসুং মমাদ অতুক থীন চৈখিব কবিগিনো? মতৈ হাংল্লুব মনাওদ কবিগি লৈকবিবনো গর্ক্রদন?· ব্রাহংশিংহু খুম্বদ মতম অর্থাগ Stage, ভাবোক, লোনচং, লীচং খন্দব য়াদে।

# হেমলেট

# দেনমার্কি যুবরাজ।

## ১/১

এলসিনোবগি লানবন ফুরা।

নোংয়াইদ, থরানম্ফিচাক মডান, য়াম্ন ইংই ঃ

ফ্রান্সিস্কো তাশাং ১ পায়দুন হঙ্গৎহন্দা চৎ সন্ত্রী তৌরি।

কংগা পুং ১২ য়েবে। হোবেসিও লাকপ মথোন্দ তাবদা

ফ্রা ঃ— কনানো লাকহবা ? লেপখো।

হো ঃ— লমসিগি মকুপনি।

ফ্রা ঃ— হোবেসিওবা ?

হো ঃ— মহাক্ক মচেৎ অমন। নংবু কনাগি মতুং শিনখি ?

ফ্রা ঃ— বানার্দোগি মতুং।

হো ঃ -- মহাক্ক ভূত থোকই হায়বতু অওইব্রাও ?

ফ্রা ঃ— ঙবাং নোংয়াই মতুং পুং ১ তাবদ উথি।

হো ঃ— অবেঙ্গ পোৎনি, নমিৎত কিতুন পংউ উব ওইবিনি।

ফ্রা ঃ— ঙহাক্ত ঙাইখো, মতমতু ওইবু ওইশিল্লক্লে,

নোংচুপ থংব অতিয়াবোমদনি।

আদো ! য়েংউ, থোকপু থোক্লে।

( নিংথৌ হেমলেটকি ভূত, লানফি শেৎতুন, মখুৎত বেটন (চৈ)
অম পায়দুন থোকই )
ওয়াংগি শকফমদুমক্কি, মান্ন্রা য়েংউ—
নোঙাখ্রব ইনিংথৌ হেমলেটকি মাইথোং ?

হোরে—ওস্তোক্ল মানখ্রে। ওকপন থেংলে, কিবন লোইরে। করিগি-
নোসিদে !

ব্রা—নংদি লাইরিক হৈব নিপানি, হোরেসিও, মাগ ব্বারী শাও,
ব্বাহং খর হংউ।

হো—অহিং তাংলৌ থেংলবসিদ, লৈহুং চনখ্রব, দেনমার্কি নিংথৌন,
নিংথিরব লানফি শেৎতুন চৎলম্বগুম মমাংদৈদ থোরকইব নংবু
কনানো ? নরোল লোল্লু।

ব্রা—শাওরমানে, য়েংউ চৎখ্রে—তো !

হো—ভাইথো, ব্বা হায়রম্মু নরোল থোকউ।

ব্রা—খুম্মু য়াদন চংখ্রে। কমদোই হোরেসিও ? কিদুন মিৎত পংউ
উব্রাও ? থাজরব্রাও ? নশা নিকইব করিগিনো ?

হো—মিৎসিন উব্রবদবু কনান থাজরুদগে। হরে হরে, ওকখ্রেদা।

ব্রা—যুবরাজ হেমলেটকি মপাবুংদু মাব্রাও ?

হো—মহাক্ল নং মানবগুমই ; মান শেংাথব পোষাক্তু লোরওয়েগ লান
থেংনবদ শেংখিব অদু মাল্লি। শুকখিব পিগুমদুন মাল্লিবা।
অমুক ওকপ উথিদ্রি। করম্ব নোংদম থীব থোক্লগদৌবগি
খুত্তমনো ! রোমগি জুলিয়স সীজরবু হাংত্রিদৈদ থোকখিব
উপক্রবশিং অদুগুম্বরা।

( ভূত অমুক থোকই )

ফ্রা—অমুকস্থ থোক্লে তু, য়েংউ হোরেসিও।

হো—ঐ ফাগে, মান ভন্মগ কাপথায়রসম্থ ঐবু। (মথুং ভিংথোকই)
ভাইথো, মায়াবীর! নবোল থোক্লবদি ঋা ভা'লম্মু ঐভোন্দ, করিগুম্ব অফব তৌব য়াগদবা লৈরবদি নংগি ঋাইচিনবা কোক্লব, ঐগিন ইমাই ওইনব', ঐভোন্দ হায়বিয়ু।
থভলবদি নবৈবাক্কি নোংদম থীগদোব ঋা, মাংজোনন ভাক-থোকপ ভন্মগ কোক্লদব', তাকপিরম্মু ঐভোন্দ।

( য়েনবা ১ খোংই )

থংলু অদো'মদ ফ্রাঙ্কিস্কো।

ফ্রা—তা সিন হেক্ক থিন্সিবা?

হো—লেপ্প য়াদ্রবদি থিল্লু।

ফ্রা হায়! কদোমদ চংখ্রে? মাঙখ্রেদনা!

হো নো' ভান্দোবে ত'কপ য়েনবাত্নন, খোংব হেক তাব মক্ত, ভূত অত্থ মতম নত্রে হনখ্রবনি, মনী' থু'দনা মকে'ন তাম্ন! ঐ থাক্ত-বে ফ্রাঙ্কিস্কো নথে'য়না হায়বত্থ। য়েংউ, নোংপোক থংব অতিয়াসি, ভাঙ্নবা ফিজেৎন লৈতেংত্নন অয়ুক্ল, ঋা'লব চী'দোন-গি লিক্লাথক্ক খোঙদারে। মিংশেন থাংব থৌদা থাব য়ারে হুজিক্কি, থিত্নন উন্নরুসি যুবরাজ হেমলেট, মভোন্দ তন্মুনব অহি দ উথিবত্থ, ঐখোযদ ঋাভাংদব মপাগি ভূত অত্থ, শোইদন ভাংলব য়াই মাগ উন্নববদি।

ফ্রা—ঐস্থ মত্থ থাজৈ হোবেসিও,
হুজিকমক চংলগা হেমলেট উন্নরুসি।

# ১/২

ফুরা মসুং, য়া তাম্নভম কা অমদ থোগল থরগা লোইনন দেনমার্কি নিংথৌ ক্লাউদিয়স, মহারাণী গর্ক্রদ, মন্ত্রী পোলোনিয়স, মচা লার্টেস·· পূম্নমক কিজেং নান্ন লাকই, ফম্বান তোংলুবদগি হল্লকপনি। মতুং ইথং থংবদা ফিমু শেৎপ যুবরাজ মক লুক্রা মুংডাইতনা লাকই।

ক্লাউদিয়স—মং শিরব ইয়াম্ব নিংথৌ হেমলেট নোঙ্গাখ্রে, লৈবাকপুম্ব অরাব ইপাক্ত লুপ্পুরে। মতম চুপ্প রাতুন লৈবাদ হৌনদবনিন. হিংহৌরিব ময়ামগি য়াইফ থো ওইন, ক্লাউদিয়স ঐন ইয়াম্বগি খুভম ফংহোয়ে, ইতৈ তমা ওইবম্বী মহারাণী গর্দন মচম কায়দ্রে, অন্নাব থর কাওনব ঐগি মহারাণী ওইবিরে। চাংদিত্র লৈবাক্ক থবক্ত পুক্নীং চংব তারে। নোরওয়েগি নিংথৌ মচা ফাটিনব্রাস্ন, মপা হাক্তক্ত অথৌব য়াম্লুংন লোখিব লমচ হস্কিনব পামম্ব হায়ব তারে য়াম্বুং লৈত্রবসিদ। ফমুংদৈ তেন্দ্রব মাগি মামদ মহাকপু খামজিন্নব, মরোল য়াওব চিঠিস পীক কোর্নোলয়স, নখোয়নী চৎলু থিনব য়াব থবক নত্তে।

(অনীন চিঠি লৌদ্গ চংখি)

কমদোব লার্টেস, নংগি য়াকৎ করিনো? দেনমার্কি সিংহাসনগ নপাগ লৈনব মরীদি, খুংন চিন্দ কাম্নবদৈ হেন্দোব নত্তে থড্ডু। নংন অপাম্ব করিনো লর্টেস?

লার্টেস—ননাইন ফ্রান্সতগি দেনমার্ক লাকচবসি, শ্রীযুৎকি ফম্বান তোংবদ ইথৌ উৎপ লাকচবনি. হৌজিক্তি লোইরবনিন স্নায়াথং পীনবিয়ু অমুক হঞ্জখিব য়ানব ?

ক্লা—নংগি বাজিনবু য়ারব্রাও ? পোলোনিয়সন করি হায়বে ?

পোলোনিয়স—ননাইন কন্ন তকমনবন য়াদব ঙমদ্রহুন য়াজখ্রে ; স্নাযাথং পীবিব ফবনি ।

ক্লা— পুংভম অক্ষবা য়েংঙো লার্টেস, নংন চংনিংব মতমদ চৎপ য়াবনি । কম্নদোরিব হেমলেট, য়াম্মুংন থনম্ব ঐগি ইচা ওইরবনা ?

হেমলেট—মবীদৈ খিত্তং হেল্লগ মত্তামক্তি নত্তব ।

ক্লা— কবিগিনো ভজিকফাওব নথক্তলৈচৌন নোংফাই থাংলিবা ?

হেমলেট—থাংজদে হবুংঙো, ঐ থর ভাংওইমজ্জহুন ।

বানী—ফবব হেমলেট, নংগি অমম লাইচফ থাম্মো, নমিংন যেংলো দেনমার্ক মকুপ ওইন । থিবন্ন নমিৎ উইশিল্লগ উফুল মবক্তগি, পুকচেল চাওবা নপাবুংবু মতন লৈবথিবক্ত । নংন খঙইবত্নি, খ্বাইগিনি, অহিংব পুম্ব শিব তায, মহৌশাদ শিল্লগ অমাং অতা লৈ থদনব ।

হে—মানি ইমাশি, খ্বাইগিনি ।

বানী—অদু ওইববদি, কাবগিনো নংন খ্বাইদৈ তোপ্প উৎলিবদি ?

হেম—উৎলিব, নত্তে ইমাশি, উৎপৈ ব্লাদি ঐদি খঙবু খঙদে । চংনবী ফিজোন অমুব, মাইথোং মকশিনব, খকপ নাইদব মিংকি পি, মথোয়সিন ঐবু শেংন উৎপ ঙমদে ; মীন

তৌশিন্নব য়াব ভাক্তনিন। উংপ য়াব নত্তে, ইমাশি, ঐগি থমু'দ লৈন্নিবসিদি।

নিংথৌ—ফজরব, থাগৎনব য়াব লৌচৎনি মচু হেমলেট, নপাবুংগি-দমক অন্নাব ফোংদোকলিব নথৌচু। অচুবু নংন খঙব ফৈ পাবুংগিস্মু পাবুং লৈখিদে; পাবুংচুগিস্মু পাবুং লৈখিদবদ মতম থর ন্নানখিব ভাক্তি, হৌনবী মতুং ইন্ন মী পুন্নমক। কাহেন্ন শাংথন ন্নাবদি নিপামচা মান্দে, লাইরৈবাক্তস্মু চুমই হায়বোই, থাংব হৈতব পুক্নীংদি পঙব, লাইবিক হৈতব মান্নি। অন্নাব পুম্ন কাওরো, নপাবুংগুন্ন থল্লু ঐবু, তাইবংপান পুম্নন থঙ-হৌসন্নু, নংন মনক্লে হুজিক্তি, ঐথোয়্নন ফম্মিব সিংহাসনসিদৈ। উইটেনবর্গত লাইরিক তম্ব চৎনিংবৈ ন্নাচুদি, য়ারবদি চৎহন্নিংন্ত্রে, মুংভাইন স্নম লৈহন্নিংলে।

বানী—নমান হায়জবসি অবেম্বদ তাহনগন্নু, উইটেনবর্গত চংলগন্নু, স্নম লৈমিন্নরসি ইমাগি হেমলেট।

হেম—ইমাশিন তাকপিবত্ন ইঞ্জুনি।

নিংথৌ—মচু মুংশিবগি ফজরব পাওখুম্নি, ঐথোয়দোন লৈরে। দেনমার্কসিদ। মহাক্না হরাও হরাও খুম্নবসি পুক্নীং মুংভাইরে, চৎলসি মহারানী।

( ব্যগল থোংই, অতৈ চৎখ্রে, হেমলেট নত্তন )

হেম—হে ঈশ্বর,

তল্লেদকো মুংভাইত্রব কান্নদ্রব লৌচৎশিংসে তাইবংপানগি? অচ্চা, তুকচৈ—নাপী শিংবী, কান্নত্রবভাক্ত থল্লে লৈকোন্সে।

থা অনীদবু ডাইরি, ফাবু ফাদ্রিব্রা থা অনী, পাবুংন লৈখিদব, অতুক ফখ্রব নিংথৌ, ইমাশিবু কয়াদ চাল্লম্ব, লাইগি মচাতুবু কাওরগ মী-শগোল মানবসিগি মতুংদ ইম্মরিব, চার চারগ লাম্ব হেঙ্গংলকপগুম—ওঃ! হে ঈশ্বর! থা অনীবু ফাদ্রি— খনবু খন্নীংদ্রে, পুকচেল য়াংব নংগি নমিং হুপীনি! রাখল লৈতব শা ফাওব থর শাংন রাখিনি; খুড়াদ ময়ুম নায়রব, ইপাগি মনাওদ, পাবুংগুম্বসু নত্তব, ঐন হারক্যুলিশ মান্দবগুম; থাবু ফাদ্রি র্মিংতৈ মপিন কংথিব; ময়ুম নাইখ্রে, মসিন কয়িমত ওইবোই, ঐগি থম্মোই কায়হনব নত্তন, ইরৈদি থংপ য়াদ্রি।

( হোবেসিও, ফ্রান্সিস্কো লাকই )

হোবেসিও—য়াইফসম্ম মজাইবুংডোন।

হেম—উন্নব নুংডাইরেদা মরুপ হোরেসিও।

( মখুং শোক্লে অনীমক )

করিগিনো উইটেনবর্গতাগ লাকইববো?

হো—লাইরিক তম্ব লৈখোক্লকপ হায়বহুনি।

হেম—নংগি য়েক্লবনসু অতুম্ন হায়রোই, থাজদে।

হো—মজাইবুংডো, পাবুংগি পোংলোইব য়েংব লাকচবনি।

হেম—ঐবু লক্লনু লাইরিক তম্মিন্নরকপ মরুপ, ঐথোয় ইমাশিন লুহোংব য়েংব লাকপতুম ওইরমগনি।

হো—অওইবমক লাপ্তি লাপ্লদ্রে মজাইবুংতো।

হেম —য়ুম্বানলোম্নি, শেল চংদনব, হোরেসিও, শ্রাদ্ধগি অচা-অথক-
শিংতু লুহোংবদস্থু যেলহৌব, ওঃ পাবুংদো, মিৎত শংশং উহদা !

হোরে—ফরব নিংথৌত্ত ঐস্থ অমুক উখ্রে—

হেম—কৈদোদৈ ?

হো—ঙবাং অহিং. নিপসিস্থু উহৌবনি। নোংয়াই মতুং পুং ১
বোম তাবদ থোকপ ২য়ক শুবে মখোয়ন উথিব, ঐন ঙবাং
উম্রিদৈদ।

হেম—পাবুংমক মানবা ?

হো—কোক্তগি খোড ফাওব, লানাফ শেৎলতুন, বেটন অম পায়রগ
চংপ ইমিৎমক্ত উজরে।

হেম—কদায়য়াইদনে ?

ফ্রা—লানবন মমাং. ঐথোয়ন সন্থ্রা তৌফমদ।

হেম—য়াদি ঙাংনদব ?

হো—ঐন ফন ডাংব হৌই খুমদে, পিশুম শুকই, তাইফেং তায়।
শাওব মাল্লি।

ফ্রা—য়া ডাংদোব মাল্লি ঙবাংদি, অহুবু য়েন থোংবদৈ অতুম মাঙগ্রে।

হেম—ঙসি নোংয়াংগি-চুয়াংদ ঐস্থু শংব য়াওবগে, হিবম অসি
মী অতৈদ তাকপিব য়াদে। মরুপশিংন মুংশিবিবতু
কাওজবোই।

২য়ক—ঐথে য়গি ইথৌনি যুবরাজ। ( থুরুম্মগ চৎথি )

হেম—বিদায় !
পাবুংগি ভূত, লানফি শেৎতুন, অফবদি ওইরোই, করিগুম্ব
অরানব তৌখ্রব্রা। অহিংসি থীম্বদন ওইহন্নিংলেদা ; তপথৌ

থম্মোই মতমতু লাক্লি্রকাওব অবানব থবাক্ত থোবক্কনি শোইদন,
পৃথিবী পূম্বন তাইব' মিংতৈ ফন লোংনব হোংনহুনম্ম।
( চৎখি )

# ১/৩

লার্টিস অমস্থং মচন ওফেলিয়া মপা পোলোনিয়সকি
য়ুম-কা অমদা।

লার্টস—ঐ চংলগে ওফেলয় মুংশিং মাইবম ফরিউ, পোংচৈ
পুম্মবকক্তি থাংখ্রে। অতুগ হেমলেটকি য়াহুদি—মান খিক্তং
লুন তৌবত্তদি, চানন থক থল্লুম্ন, ফেসন অম ওইন লৌ।
নহা ইনথংলপকপৈ য়াথল লৈরাং হায়বসি পরপ পরপ শাং-
লি, মনমম্ম মুংশি, কুইদব ন, মিনিট অমত্তনি, অতুগ লোইরে।

ওফেলিয়া—
মতুদৈ কবিমত হেন্দবা ?

লা—মতুগি মবমদ থল্লুবনু। থাজগনব নাকোংন মাগি ইশৈহু
তারগ, মাগি য়াবক্তব থম্মোইদ অচেৎপ নবল কংলুববদি,
ওন্দূন য়েংউ নংন তুংদ মাংগদব ইকাইথুম্নবহু। কিযু ওফেলিয়া,
মুংশিবব ইচন অপাম মৈবান শোক্তনব লাপ্প লৈয়ু। ফজবদি
উহল্লুম্ন থাদ ফাওব মীন নোক্লদনব, অশংব পুকচেলমকপুম্ন
তোকত্তান তাকপিদে। চেকশিল্লু অতুন, কিবন মশোইজ্রবনি,
নহাসিদি মশাগক্কাওব শিংনবনি —

ওফে—ফরবা পাওতাক অসিন ঐগি থম্মোইবু ভাকহন্দুন থমজনি।
অতুগ ফরব ইবুংস্থ, মীভোন্দন স্বর্গ কানব ভন্নব ভিংথং লম্বী তাক্লগ, মশান, শিভেল শাংপ চীঙ্খা লম্বীদ কুমথবিরোই নিংজৈ--।

লা— ঐবুদি করিমত চিংনম্থ, মুপীমচা।
( পোলোনিয়স লাকই, লার্টেসন খুকউ লৈতাই )।

পোলো—হুজি॰ ফাওব চৎ্রেবা লার্টেস ? নংবু পুগদব হিগি ফিথৎদ মুংশিংন ভাইরে অতুগা নংন স্থম লৈথোক্লব—
( মকোক্ক নাল্লগ )

য়াইফহন্নিংহুন পীব পাওতাক থরসিগ কাওগন্থ। লমচৎ য়েংউ। য়াথন্দ মৈব পালহনগন্থ, মুন্দ্রিব য়াথলদ থবক পীগন্থ। থৎনক্সিঙৈদ চেকশিল্লু, থৎনক্লববদি অমতুন নংবু চেকশিনহৌনব তোরম্মু। শেল পূকন্থ, মীভোন্দস্থ থংলুম্থ ; মরমদি পুথোকখিব শেলদুস্থ মরুপস্থ পুম্ন মাংগল্লি। চৎলো চৎলো, ভাইনরম্মনি—

লা— (হৌগৎলি) চৎচবন পাবু, বিদায় ওফেলিয়া, কাওমুকো ঐন হায়খিবশিংদো।

ওফে—নিংশিং উপুদ লোন্দুন থমজরে, শোন তাইভোন পায়বিয়ু।
( লার্টেস চৎখ্রগ )

পোলো—করিনোনে নং তাইভোন হায়রম্মিবো ?

ওফে—কৰস্থ নত্তে, এজাইবুংভো হেমলেটকি য়ানি।

পো— হোয়নে হায়নে, ঐস্থ তারে, হন্দক মস্নকসি মহাক লয়াই ওইন মতম য়াম্ন নংভোন্দ পীরবে; নংস্থ খাগি য়াহু তাবক্

থরাই য়ার য়াওরে হায়নরে। ঐগি ইচানুপীনিন চোক্ন য়াব নঙেদো। করি করি হায়নৈ ? অশেংবত্ত তম্মু ঐডোন্দ।

ওফে—হন্দক মরকসি মজাইবুংঙোন ঐবু থর নুংশিবিবগি মওং অম উৎলকপ।

পো—নুংশিবা, ওঃ হোঃ! শংলিবী নুপীমচাগি রানি! মান হায়রিবত্ত থাজবাও ?

ওফে—করম্ন থনগদবনো, হায়ভম থঙদে পাবুং।

পো—অরাইব রানি. ঐন তশ্বিনি, নং অঙাংপিশক্তৌন লৈযু— মান হায়রিব রাশিংত্ত নংদি সনা অশেংব ওইন থল্লরিবোইরে।

ওফে—পাবু', মান হায়বত্ত য়াম্ন লেমন, থরাই য়াওন রাশক্কুন হায়ব জাংনি।

পো—ঐ থঙডি—ঈ খেগৎলক্কইব নহাগি থম্মোইন কয়া পৌন লৈতোনবু রাশকহনব। অদুগুম্ব মৈরৗত্ত নুপীমচা ডান্জমক ডানবনি, মৈশা য়াওদবনি। থাজকনু রাশকসন্নবত্ত, মতাংনি মমুং লেন্নব! মতু'সিদ নঙোন্দ যুবরাজ হেমলেটক রারী শানব মতম পীববোই। হায়রিব রাসি চেকশিল্লু।

ওফে—পাবুংগি য়াথং ইঞ্জনি।

( চংমিন্নখি )

লানবল ময়াদ সন্ত্রী, হেমলেট, হোরেসিও চংলি হঙ্গং হন্দা অহিংদ ।

হেম—ইংলেদা মুংশিংসিদে, পুং কয়া তাররিনি ?

হো নোংয়াইদি য়ৌফাত্রিমানে থঙ্গে

সন্ত্রী—নোংয়াইদি য়ৈখ্রে ।

হো—ঐন তাংগোদব ওইব তারে, অতুদি থোকপ মতম ওইসিল্লক্রে ।

( ট্রম্পেট থোংব তায় )

কবিনো ট্রম্পেট থোংইবসিদে ।

হেম—নিংথৌন অহিংদ য়ু থকপদ খোংইবনি ।

হো—চংনবীরা ?

হে—উম, চংনদবন ফবব চংনবীনি, মীবম মচান ঐখোয়বু য়ুভাওব হায়ন চৈনবনি । অস্তুম শায়না তোগল্লি কনাগুম্ব মীদ, মতিক মগুণ লৈন, ফন লাইবক ফন পোক্লবস্থু । শমক্রু মচাগুম্ব মরাল পিল্লব অমন ব্রাখলন ব্রারকপ য়াদন, চৈনবী অমনা মচিঙ্গাক ত্তনশদগি অস্তুম অস্তুম চাওথোংক্লন মতিক মগুণ, অফব মরাইবক অত্তবু নমহংত্তন মীত্তবু লৈখাদ তাহল্লি, মীয়াম্থু নোক্লহল্লি ।

( ভূত থোরকই )

হোরে—য়েংবিয়ু মজাইবুংডো, থোরকইবসে !

হেম—লাইরৈবাক্কি লাইশিংন ঐখোয়বু কনবিসম্ব । অফব ভূতপু

ওইরবস্তু তম্নরাইবু ওইরবস্তু হংনিংঙাই ওইব নতৌদ থোক্লবনিন ঐ নংগ ব্রা লোংনব তায়। ঐন কৌজরি নংবু নিংথৌ হেমলেট, পাবু:। পাওখুম পীবিয়ু। করি মবমগিনো লৈহুংদ ফুমথ্রব অশিব হকচাংন, লানফি শেংতুনা থাবন্দ থোকপিরিব, কিনরব অহিং ওইনব, ঐখোয়বু জ্ঞান মা হন্দুন ? কবিগিনো সিবো ? ঐখোয়বু কৈদোজোগে?

( ভূতন মখুৎ হত্তুন কৌথোকই )

হো—যুবরাজবু কৌথোকই, নথন্দদ কবিগুম্ব থব হাইনিংবৈ মতৌনি।

সন্ত্রী—চৎপিথিন্নু যুবরাজ। ( থামই )

হো—নথন্দ লেংথিন্নু মজাহবুংঙো।

হ—ব্রা লোংউ যানব ইন্নকুগে। কবিগি কিকদগে ? ঐগি পুন্সিসি পিন অমগি মংলপুন্না থন্দে, অতুগ থরাইদন মান কৈদৌনি অমাং অং লৈতবান, ঐবু কৌথোকই, ইন্নরগে।

হো—লাপ্প পুংথাব্র [illegible] হোকপ যাই, মশক শন্থোকথিব যাই, মজাইবুংহোবু [illegible] মাংহন্দুন [illegible]নব যাই, লেংথিন্নু।

সন্ত্রী—চৎপিথিব যাদে নজা ইবু রো।

হেম—থাম্মন্নু থাদোকউ নকপশা! থবাইন চৎনিংলে, লাইবক য়েংউবগে নগৎ থাদোবউ—। ( কন্থোক্তুন চৎখি ) ঈশ্বরন সাক্ষী, ফত্রগ [illegible] লোতশিনমিন্ননি!

সন্ত্রী—মথন্দ থাদোকপ চন্দে।

হো—চৎলু লাথ্রপ ইন্নসি দেনম ক্লিসিদ অকান্নব থরদি লৈরম্ব তারে।

( লাপ্প কিন ইরে )

ফুরাগি ফকলা' ময়া অহাংবদা চৎমিন্নৈ, থাং শৎলগা মশাবু কন্দুন হেমলেটন ইন্নৈ।

হেম—কদায়দনো ঐবু পুবিবিব ? য়া ডা'উ, ঐ অমুক লাপ চৎলরোই।

ভূত—(মমাই ওনশিল্লক্লগ ) মুন্ন তাও ।

হে—ঐ তাবি ।

ভূত—ঐগি পু' তাদৌবে, কন্নক্কি মৈনুংদ চংলুগদব ।

হে—ওঃ, অন্নাবনি ।

ভূত—ঐগিদমক থাগন্নু, হায়দৌরিব য়াসিদুম নবুরুীং চংব তাও !

হে—হাইবু, ঐ তাগনি।

ভূত—নংন লম্মন খুমগদবনি, য়াত্ত তাবগ।

হে—কবি ?

ভূত—ঐ নংগি পাবুংগি ভূতনি, মতম থর অহিংদ কোইন চৎপ তারিব, নুংথিন ন্ত থিন্ন মৈদ ফৌরিব, ঐন তৌথিব অয়াব থবকশিংত্ত চাক্তি্র ফাওব, শেংদ্রিবফাওব। ঐম লীদৌরিব য়ারীসি তাবগ নংগি ঈচু উন ওনব য়াই, নমিৎ অনীত্থ থন্নান-মৈরাগুম্ন লংথৎপ য়াই, নকোক্কি শমন্থ শবৌ-মতুগুম্ন চপ চপ য়ুংথৎপ যাই। ঈত্তোংগি লাকোংদ তমথোকপ য়াব য়াদি নত্তে। তাও, মুন্ন তাও কবিগুম্ব নংন নং পাবুংবু নুংশিখিব লৈরবদি।

হেম—হে ঈশ্বর—!

ভূত—লম্মন খুম্মু, হৌনদব মীহাক্ত নপাবুং হাংখিবৈ।

হেম—হাংখিবা !

ভূত—ডক্লব, তমথীরব. হৌনদব মীহাংত।

হেম—পরপ পরপ থঙহনবিয়ু রাখলগুম য়াংব ইশা খঙ্গুন লম্মন খুম্মুনব।

ভূত—দেনমার্কি নাকোং পুম্নমক্ত অশেম্ব রা তাহনখি, মহুদি ঐবু হৈকোন্দ তুম্লিডৈদ লীন অমন চিক্লুন শিয়ে হায়ন:—খঙডু পুকচেল চাওরব পাখং, নপাবুংগি থরাই লৌখিব লীন অহুন হুজিক মাগি লুহুপ্তু উপই।

হে—ওঃ, ঐগি থরাইন চিংনবদে। ! ঐগি খুড়ান ?

ভূত—মানি, মমাইপান্দর, আকপাক নাইদব শাহুনি ; লৌশিং-লাইর, থাজব হাংপ মহে শিজিন্নহুন, ফাখিবনি মবুক শেংন উরবা ঐগি মহারানীবু, লুহোং রাশক ডাক্তুন ঐন অহুক লুন তোরম্বীন, করিস্থ লৈতব শাগুম্ব মীন্নুখাংগি মথুংত তাখিব। ওঃ, অরাবনি হেমলেট, ইপাগি ইবুংডো ! ডাইথো, কুইব য়াত্রে, অয়ুক্কি মনম লাক্লে ; মুংখিল মুংখিল হৈকোন্দ তুম্নি ঐ, মোংম পোত্থারিডৈ মতমদ নংগি খুড়ান লাক্লগ হু-পাম্বী মহি ঐগি নাকোংদ হৈজিলখি, খুখক্ত ঈগি থোংচৎ লেপখি সঙ্গোম্ন ফম্বগুম, ইনাওমক্কি খুংন মুনখিবনি থরাই, লুহুপ, রাণী। তমথীরব তুকচরব শাগি লীচংনি। নিপামচা, দেমমার্কি নিংথৌ ফমুং মাংথোকহনগনু। স্বর্গ কাব ডমজনব

নমাশিংহু মথন্দ অনুতাপ তৌহল্লু। তন্দন মঙাল হন্থবন মোং ঙাল্লক্লে হায়ব থঙলে, চৎলে পাবুং, বিদায়, ঐবু কাওগনু।

( ভূত মাংখ্রে, হেমলেট খুকউ লৈবাক্ত পাক তারগ নোংথক্ত য়েংই )

হেমলেট—হে অতিয়াগি থৱানমিচাক ময়াম। হে পৃথিবী! অতৈ করি? নরকস্থু য়াওহনসিরা? অচচ্চা! ঙাইখো, ঙাইখো ঐগি থম্মোই, নখোয়স্থু ঐগি লুতোঙ্গ, অহল ওইসিনখিনু, ঐবু কলহনখো ......। ( হৌগৎলা ) নংবু কাওনু? নংবু কাওনু হায়ব?

কাওরোই, নিংশিং ফম্বাক্তগি ঐন মুখংলনি পামজরম্ব অরেম্ব রা পুন্নমক, নহাগি মিংয়েংন য়েক্লম্ব মঙং মতৌ, লাইরিক্কি রারোল, হৌখ্রব ময়েক পুম্ব। য়েক্তুন থম্লনি নংগি নয়াথং অহু তমক, অতৈ কারিমতগ ভিন্নহন্দন, ঐাগ থোপ্ল কোল্লিব লমাসিদ, লাইরিক আসদ। মহুনি লাইরৈবাক্ত সাক্ষী! হে নবুকচেল লেপ্তবী মুপী—!

হে মীমুথাং! মোমোন মোমোন নোকপ মীরৈহৎ!

( বহি অমদ ইশিল্লি )

"কনাগুম্ব অমন মোমোন মোমোন্দি নোক্লগ মীরৈহৎ ওইব য়াই।"

ফরে, খুড়াতোন, নংনিদনকো। ( নিংশিংই ) "বিদায়, বিদায়, ঐবু কাওগনু।"

( খুরু খুদক কুল্লগ থাংথোক পায়হুন ) ঐ মহু রাশক্লবনি।

( লাইখুরুম্মি খুষ্টান্দু )

( সন্ত্রীগ হোরেসিওগন থিরকই )

সন্ত্রী—মজাইবুংঙো, মজাইবুংঙো !

হোরেসিও—মজাইবুংঙো হেমলেট !

লাইরৈবাক্ক মাবু ভাকপিসনু !

হেম—অত্থমক ওইসনু।

হো—করম করম তৌবগে মজাইবুংঙো ?

স—তাজনিংলেদ ননাই ঐখোয়দে।

হে—মীভোন্দ হায়দোকউান, তাকপ য়াদে।

হো—তাকচরোই লাইরৈবাক্ক খঙনি।

স—ননাই ঐসু তাকচরোই ঈশ্বরনা খঙনি।

হে—দেনমার্কত মীফম অমও লৈতে, মহুন মীনুখাং মীতম্বান ওইদব।

হো—মহুদি ইবুংঙো, মোংভমদে ভূতন তাকপিরদ্রবসু খঙনরব পোংনি।

হে—চুমই মরুপ। ঐবু পুরুব ভূত অদু মবুক শেংব জাংনি। মভোন্দ অরানব থর তৌবখ্রে—অদুগি রানি। ফরব মরুপ অনী, লাইরিকসু হৈব, লান্মীসু ওইবিব ভাক্কি, ঐ রামত হায়জগে য়াবিগদ্রা ?

হো—কাঁরিনো তাকপিয়ু, ঐখোয় য়াজনি।

হে—ভসি অহিং উাখিবদু কনামতদ তাকথোকপিগনু।

২মক—তাকথোকচরোই ননাই ঐখোয়।

হে—মহুন চৎনদে, রাশকপিয়ু।

২মক—সত্তান খঙনি, তাকথোকচরোই।

হে— ( থাং শংলগ ) থাংশি পায়তুন ব্রাশকপিয়ু।

( ভূত-লৈম্নুংদৈ )—ব্রাকশউ। ( ময়াম তায় )

২মক—থাং পায়তুন ব্রাশকইবনি—ঙসি অহিংদ উথিবতু কনাদগু হায়দোকচরোই।

( খর চংলগা )

হে—হুজিক তাখিবতু হায়দোকওই হায়তুনা অমুক থাংসি পায়-তুন ব্রাশকপিয়ু।

ভূত—থাং পায়তুন ব্রাশকউ

হে—তাকইবতু ফরে, তাইবদ থবক অম পাক হেক পাংথোকপ য়াদে অহল।

খর হন্দোর্কসি মরুপ।

২মক—হুজিক তাখিবতু কনাদম্নু হায়দোকচরোই থাং পায়তুন ব্রাশকচরি।

হে—নোংথক্ত অমদি লৈমাইদ লৈবিব ব্রাশিংসি হোরেসিও, নংশি মিৎয়েং-লোন্দ মঙব মঙন য়োদব য়াম লৈরি।

স্থম চংসি মরুপ অনীমক.চিন্বান্দৈ খুৎশা থাদোকপিন্নুকো। তোল্লব হেমলেটপু ম্নংশিবিয়ু।

মতমসি তাংশমদৈ নাস্থোক্লে, থীরব লাইবকনি, ঐবু পোক-হল্লম্মিব মতুবু চুমংথোরুব ! ( চংখি )

( চয়োল খর হৌখি )

## ২/১

পোলোনিয়সকি যুমগি কা অমদ
পোলোনিয়স অমসুং বৈনালদো।

পোলো—শেলশিংসি মঙোন্দ পীয়ু, মাগি মরমচৎ মুম্ন য়েংউ। পেরিসকি কৎম কবম্ব মফমদ ঐগি ইচা লার্টেসন শাম্নৈ, য়ৈনৈ, থকই থিবক্কদবনি। মান য়ু থকফম, জুরার শাম্নভম কোই-ভম ফাওব কোইথি খিরক্কদবনি।

বৈনাংদো— ঐখোয় ইবুংঙোগি ইজৎ মাংলোইদ্রাও?

পো— কাবগি মাংউদগে! চুম্ন হংবনি, মপাহ নংগ শক থর থর থঙনৈ, মাবুম্ন থঙই হায়শিন্নৌ। ভাব তারদ্রা?

বৈ— তাজবনি ইবুংগো!

পো— ঐন ঙাংশিনহু কদায় য়োৌখ্রে? জুরার শান্নভম, য়ু থকফম অদুগ কোইশম খিংগি রা য়াওখ্রেকো?

বৈ— য়াওখ্রে।

পো— ফবে শাহুদি চৎলো। লংকৈদ মইহৈ তম্ব চৎলগ নহান ওক্ক-বসিদি শাওনিংখ্রে।

বৈ— ননাহ ঐ চৎচরে। (চৎখি)

(ওফেলয়া মথৱাই মুংঙাইতন লাকই)

পো— কমদোব ওফেলিয়া, নংবু কৈদৌরবগে?

ওফে—ঐ ওস্তোক্ল মুংশা খীরে পাবুং।

পো—কৈদৌরে, অশেংবতু হাইয়ু।

ওফে—ঐগি কাদ ফি-.শংতুন লৈরিবৈদ মজ্ঞাইবুংডো হেমলেট লেংলক্লম্মি, ফুরিংকী কুদাম পান্দে, মকোক্ত টুপী উপ্তে, মোংলব মোজাক্তন খুজেংদ ইশিং শিখ, খুকউ অনীন খেংন, নশক্ল তাইফেং তায়, নোবোক্তগি থাবকপগুম কিরব ব্রা ডাংউনব ঐগি ইমাংদ লাক্লম্মি।

পো—নংবু মু শিবন ডাওরত্নমা?

ওফে—ঐ খঙজদে পাবং, কিদি কিখ্রে।

পো—কবি হায়রম্মি মান?

ওফে—ঐগি খুদাংদ মখুং নামন কন্ন পায়, মখুং অমত্তন মরাইবক্ত থম্মগ ঐবু চাদোমথৈ শংত্রিক্ল য়েংলম্মি কুইন। মত্তদগি মডক্লু অত্তমক হায়রগ মশা চিংথায়ববগুম মুংশা মপী শাংন হেংনখি। মদ লোয়রগ ঐবু থাদোক্লম্মি. অতুগ মম্বিংন য়েং-দন মপান্দ অতম খোকখ্রে।

পো—লাকও চংসি. নি খৌ উন্নকব তায়। মুংশিনদ ডাওব, শিব নাব কিদব হায়ত্নি হন্দক মবক নং মডোন্দ খীনকা হায়রুরব্রা?

ওফে—করিম্ন খোইদোকপ হায়জদে,

পাবুংগি য়াথং মত্তং ইন্ন
মাগি চিঠি লোদব অমদি
ইনাক নক্লকপ য়াদব নম্ভন।

পো—মতুন মহাকপু ভাওহনব তারে, হন্নব ঐন নহা ওইরক্তবগুম অরেম্বদ নঙ্গোন্দ ইন্সিল্লুরেদা ! রাসি নিংথৌদ খঙহন্দব য়াদে, লাও চৎলুসি।

( চৎমিন্নখি )

# ২/২

ফুরাগি মী তিনফম কা অমদ,

য়েৎ ওইদ য়ুখল খল্লি, তুংদ খোড লৈখি। ট্রম্পেৎ খোংই, নিংথৌ মহারানী চংককই, মনাইশিং অমসুং পাখং ২ বোজেন, গিলদেন ইন্নরকই।

নিংথৌ—নখোয়নী লাকপ য়াম্ন নুংশাইবে, নখোয়দি হৌমিন কামিন্ন-বনিন খঙগনি নন্দক মবক্সি হ্যামলেট মথং মতৌ অম তৌবে। মপাবুং লৈখিদবগি চুম্ন রাব্রা নত্রগ অতেপ্প করি মাগি থমুংদ লৈবগে খঙদে, মহাক্ন মহৌশাদৈ স্নক ওন্থোক-খ্রিবসি, মতম খব মাগ চন্নন তিন্নরগ, মাগি থম্মোইগি বাক্ত ঐখোয়দ খঙহল্লু।

বাণী—পাখং অনী, ঐখোয়গি নিপাম্মচান লুন তৌবসি নাখায়নীগি মথক লৈত্রে; মতম খব কোন্নুংদ লৈখতুন নখোয়নীন, মাগি শাওরি ফৈবি তৌরিব লিচৎকি মবম, খঙদোকপিব ওন্নবদি ইনিংথৌন নখোয়বু কাওরোই।

রোজেন—ননাই ঐথোয় অতম্ব শক্তি পুথোক্তুন সনা য়াথং পাংথোক্লব হে ৎনজনি।

নিংথৌ—য়াম্ন থুংঙাইবে অত্তুদি।

রানী—অত্তুদি মখোয়নী হুজ্জিকমক চৎলগ মশক থীন ওল্লব ঐগি ইচাত্নু উন্নক। কনানো অম চৎমিন্নবগ হেমলেটকি মনাক্তা থিল্ল।

( খুৎম্নগ অত্তমত্তু চৎখি )

( পোলোনিয়স লাকই, নিংথৌ কোৗথোক্লগ ভাংনৈ )

পোলো—খুকমজবি ইনিংথৌ, ননাইশিং নোরওয়েদ চৎলুব রাজদূত-শিংত্তু থুংলবে হবাও হবাও।

নিংথৌ—নং অফব পাওগি মপা ওইব তোক্তু।

পো—কৃপানি আজ্ঞা, ননাইন ইথোবু থরাইগুম্ন থজ্ঞবনি। অত্তুগ হেমলেটন মীবোল তাদ্রিবগি তংলংব মবমম্ন থংজবে ননাংন।

নিং—মত্তু তাকউ, মত্তুন ঐন খোবান তানিংউবদি

পো—রাজদূতশিং ত্তু হান্ন কৌমিজ্ঞা লগে।

নিং - নংন মখোয়দগি মরাল হাংদ্রবলেকউ, ঐ কেন্ন মখোযগ উন্নগে।

পো—আজ্ঞা। ( থোকখি )

নিং- চান্নববী ঐগি গার্ক্রদ. মান হাংবি ননাইবুংদোগি মীবোল রুংক্লিবৈ ভৌরবফম থঙলে হায়ন।

রানী ঐন চিংনবদি মচাতচা মীবম্মাই মরু অইবিব, মপাবুং লৈখিদব অত্তুগ ঐখোয়গি লুপোংব হামনবসি নত্তুন।

নিংথৌ - মাগি য়াম্ন চুমত্তুন তাখিসি।

( পোলোনিয়স অমুক চংলক্ত )

নিং--কমদোরকই হায় ?

পো—মাগী মাহাক লমচৎনব নত্তে। কোটিনত্রাসবু ফাহল্লুবগ মমাংদ রাশকহল্লে হায ; মতুংদ অমুক ওনিথোগি লৈবাক্ত মিৎয়েং চংলোই হায়না।

নিংথৌ—মদু য়াম্ন ফবে। রা অনতুন কমদোবা ?

পো—হবুংদো ইবেম্মা অনীমক, অশম্বন লৌশিংগী থরাইনি হায়নবনিন ননাক্ত ঐ শম্ন তৌদ হায়জগে—নজাহবুংদোসি ডাওববনি। ঐন ডাওবে হায়জবগসি, অশেংব শাডাওব কদায়বু কৌবগে হায়রবাদ মদু কবি ... নিংথৌ নৈবগে ডাওব নত্তন ?

রানী—মচং যামহন্ন, খুংশেম তংহল্লগ।

পো—ইবেম মহারানী, রাশকুম হায়জবা নাকাংগি খুংশেম য়াওজদে, নজহবুংদো ডাওবে হায়বাস অচুম্বনি, শোইদ্রবনি, অরাবনি। ডাও ববহু গী মক, হোবকফম থিদোবদ ডাবে। ননাই ঐগী ইচানুপী অম লৈজে, য়ুমদ লৈরিবনিন ঐগিনি মহাক. হায়ব হনব মথৌনিন মান ঐডোন্দ পীবনি—

(ফুরিথাংদৈ চিঠি পায়)

লাইবেম্বীগী মফমদ, ঐগী থরাইন লাংলিব মূর্তি লাই, খ্বাইদৈ ফজনব শেম্নবী ওফেলিয়া—ফজনব শেম্নবী হায়ব লোন্দাসি থর কায়, তাবিথো— (পায়)

"মাগী ফজন ওৌবব থবাক্ত···অসিনচিংব।

রানী—হেমলেটন মডোন্দ পীরকপ চিঠিবা ?

পো-মানি ইবেম্মা, ডহাক্ত ডাইবিথো ইবুক শেংদব য়াদে—

( পাথৈ :— )

চিংনৌ নহাক থব়ানমৈরাশিবু মৈনি, চিংনৌ নুমিৎন চৎলি হায়ব, চিংনৌ অচুম্ববু ওইদবনি হায়ন, অদুগ ঐন নুংশি হায়বদি কৈদৌউদ চিংনন্ন; হে নুংশিরবী ওফেলিয়া, ঐ শৈরেং ইব হৈতে, নংব মহেল্লে নুংশিবদি—, থাজো। বিদায়

মতম চুপ্পদ নংগি হেমলেট

নিং থৌ—করম হায়ন নুংশিনখ্রিবনো ?

পো—ননাইবু করি ওইন খনবিবগে ?

নিং—থাজব য়াব ইকাইখুম্নব য়াব নিপা অম ওইন।

পো—মদুগি প্রমান উৎচগে, ননাই ঐ লেমন লৈজদে, ইচানুপী নিপাগি মরমদ কোইথি থিজবজাৎনি। নজাইবুংডোগ মথোয়নী মওং অম তৌরে হায়ব খঙজরদুন ননাই ঐন নুপীমচাদ হায়খি: মজা ইবুংডো হেমলেট হায়বসি নংগি থব়ান মিচাক লাম্ব ফংদৌব নত্তে: মডোন্দগি পাও, পোৎচৈ অমত্ত লৌরুম্ন, থোড লোন্দুন লৈম্ব মহাক থেংনদনব! নুপীমচান হায়ব ইনবদগি নজাইবুংডো ব়াখি, চরা হেনখি, শোম্থখি, ডাও-থিবনি অদুদৈ।

নিংথৌ—মদুননি হায়ন নিংব়াও ?

রানী—ওইব য়াই, মাল্লি।

পো—থাজবিয়ু—                    ( মকোক্ত থিঞ্জে )

( মফিমরোল ডাওরপ শেংলগ লাইরিক অম পাদুন হেমলেট জাকট, কা মমুংদ ব়ারীশাব তাদুন য়ুথল মরুমদ থুপ্তুন তায়। )

নিং—কমদৌরগ মদু ঐথোয়ন মথা চাং য়েংব য়ানি ?

পো—ইনিংথৌন খঙবি কবিশু · মতমদ মহাক পুং ঙকা লেপ্তুন কোই।
রা— মানি তৌই।
পো—অদুগুম্ব মতমদ ঐন ঐগি নুপীমচাবু মঙোন্দ থাজিনগনি, ইপু
ইনাইন মরুম অমদ থুপ্তুন লৈবগ মথোয়নীন ঙাংনবদু তাব
য়ানি। মহাক্ন নু শিবদৈ ঙাওখিব নংলমগ্রবদি লৈবাক্কি
থবকাস পুব তোক্কুন লৌ উজরুগে।
নিং—মদু চাং য়েংব তায়।
( লাইরিক য়েংতুন হেমলেট লাকই )
রানী—য়েংউ, লাইরিক পাডুন লাক্লে, অরাব মাইথোং লিংতুন!
পো—ইবুংঙো ইবেম্মা অনীমক হন্দোক্কুন লৈবিয়ু। ঐগ অমুক্ত
থেংনজগে, রারৌবিনু—।
( নিংথৌ, রানী হন্দোকখি )
কমদৌবিরিবগে ইবুংঙো, যুবরাজ হেমলেট ?
হেম—ফুংঙাইরি, ঈশ্বরগি কৃপান।
পো—ঐবু শক খঙবিব্রা ইবুংঙো ?
হেম—নিংথিন খঙইনা, নং ঙায়োনব অমান।
পো—ঐদি নত্তেনা, ইবুংঙো।
হেম—অদু নত্রবদি ঐন নংবু পুকচেল শেংব নিপা অম ওইন
লৌরমগনি।
পো—পুকচেল শেংব হায়বিব্রা ইবুংঙো ?
হে—মানি অহল, পুকচেল শেংব হায়বসি, তাইবংপানগি ফিভম-
সিদ, মী লিশাং ১০ গি মরক্তগি অম খন্দোকপনি।
পো—মদুদি য়াম্ন চমই ইবুংঙো।

হে— সুমিৎন ভীলমচা পোকহনবনন হূইঁ অশিবদ, কন্নব অপূম
অশানিন হাঙব ……নংাগ নচা লুপাক লৈব্রা ?

পো—লৈজৈ ইবুংঙো ।

হে—মাবু নু'শাদ চখোকহনগনু ; মীরোনব হায়বসি য়াইফরানি,
অহুবু নচানুপীদ থোকপ য়াই, মঠ চেকশিল্লু, মরুপ ।
(লাই রক অমুক পাঙ )

পো—( মথন্দ ) করনো হায়রিব রাশিবো ? ইচানুপীগি রাথন্দি
থাদ্রি, অহানবদ ঐবু ঙায়োনব হাযাখ, মা কন হে'ঙ্গল্লবজাৎনি,
ঐসু নহা ওইবিরৈ লুংাশ মশু'লাংাগ মাগিসিগি মনাক—
নকউরবনি, অমুক্ক রারী শাগে ……, মজাঙবুংঙো কারিনো
পাবিরবদো ?

হেম—রাইহে ময়াম, রাইহেময়াম, রাইহেময়াম ।

পো—কৈদৌনরবগে হবুংঙো ?

হে—কনা কনাবো ?

পো—নত্তে, পাবিরিবতুবু হায়জরিব ইবুংঙো ।

হে -( লুরাক্লন ৎয়ংখৈ, পোলোনিয়স হন্দোকই । ভাথীরানি
ইবুংঙো, মঁফত্তসিন লক্লরি—সিদ, হনুবশিংদি মকোই ঙোই,
মমাই থুই, মানৎ চোৎলি, মারোল য়াম্ন রাৎলি ' মস্থুম
ইবসি ফত্তে ; নংদি ইবুংঙো ঐদোন অহল ওইরকথিনি
রাইখুদোন নতু' হম্ন চংপ ঙম্লবদি । ( লাংরিক পাঙ)

পো -( মথন্দ৷ মসি অঙাঙব ওইরবসু, মগী'দ পরম অম য়াওরি ।
( ফোংন ) হৎুংঙোবু মুংাশং ফাদবসিদ সুম চৎপিখিন্ন. ?

হেম—ঐগি মোংভমদ ।

পো—(মথন্দ) অওইবমক মতুদ মুংশিং ফংদে, কয়াদ অর্থ লৈখ্রব পাওখুয়ো! ভাওদবন পাক থেংনদব ৱানি । মাবু থনম্মগে, থিন্দন ঐখোয় মুপীমচাগ উন্নহন্নব শিল্লুব তায়। ইকাই-খুম্নরব ইবুংভো, ননাই ঐ নোল্লক্ল বিদায় লৌজবগে।

হেম—ঐন হবাও হবাও পীনিংদব পোং ঐভোন্দৈ লৌব উম্মোই অহল; ঐগি থৱাই নত্তুন, ঐগি থৱাই নত্তুন, ঐগি থৱাই নত্তুন।

পো—বিদায়, মজাইবুংভো। ( থুকমই )

হেম—মীওৎপ অহল অপংবশিংসি ! ( লাইরিক পাই )
(রোজেন অমসুং গিলদেন চংলকই )

২মক—খুকমজরি মজাইবুংভো ।

হেম—ফরব মকুপশিং কমদৌবিরি ?

গিলদে—কাহেন্ন মুংভাইব নত্তবন মুংভাইজরি, লাইবক ফৰগি টুপীদ কুদাংমদি ওইজদে ।

হে—মাগি খোংউপকি খুয়াদি ওইবিদেদনা ?

রো—ঐখোয়নীমক ওইজদে ।

হে—অদুদি মাগি মখ্বাংদ লৈবিও তাবে। করি করি পাও পৃবিবকপগে ?

রো—পাও থাইদোকপ লৈজদে, তাইবংপানসি মবুক শেংব হেঙ্গৎলে তায়ব নত্তুন ।

হে—অদুদি প্রলয় নকেদন অচুম্ব পাও মান্দে, লাইবক্ল করিগিনো নখোয়বু কৈশুমশংসিদ থারকইববো ?

গি—কৈশুমশং হায়ব মজাইবুংঙো ?

হে— দেনমার্ক কৈশুমশং অমনি ।

রো—অছুদি তাইবংপানসিস্থ কৈশুমশং অম ওইব তারেনে !

হে— মানি, দেনমার্কন খ্বাইদৈ কত্তব— ।

বো— ঐখোয়দি অতুম্ন খল্লুদে ইবুংঙো ।

হে— অছুদি নখোযদদি নত্রে, অফব ফত্তব লৈত্তে, থনবু থল্লুত্রবদি ;
রাথম্ন তৌহনব ঙাক্তনি । ঐঙোন্দদি মসি কৈশুমশংনি ।
কবি থবক্লিনো এলসিনোবদ লাকপিরিববো ?

বো—থোইদোকপ থবক লৈজদে, মজাইবুংঙো উন্নজনিংতুন লাকপনি!

হে চান্নরব মরুপ ঙাক্তনি, অওইব হাইযুদা, লন্নাই লাকপিত্রা
নত্রগ কথোক্তুন লাকপ নত্রাও ? মরুপ্ত অশেংব তাকপিয়্ন ।

গি – করিবু হাযদগে থদত্রেনে ।

হে ঐ থঙই, ফরব নিংথো অমদি রানীন কৌথোকতুন লাকপনি ।

রো— কবি মবমগি মজাইবুংঙো ?

হে— মবমত্ন মরুপ অনীদ তাকপিয়্ন হাযজরিব ।

বো—নং করি হায়নিংবা ? ( অমত্নদ )

হে—ভাব তারে, ঐবু মুংশিবিববদি থুপ্পিগন্ন ।

গি মজাইবুংঙো, ঐথোয়বু কৌথোকপনি ।

হে— কবিগিনো হায়বদি ঐ হায়গে : -ছন্দক মবকসি ঐ করিমত্ত
হৈনিংদ্রে, শাজেনকা অমত্ত তৌদ্রে করিগিনো থঙদে, রুজবব
পৃথিবীসি ঐঙোন্দ লৈহাও চেন্দব লমলেম ওইন উরে, স্নেংউ,
রুজরব থকথন স্নাল্লিব অত্তিয়া, সনা মচু মাল্লব মৈরাম হৎলব

মপাঙৈতবা য়ুমথক—ঐঙোন্দ করিস্ত্র ঙৈতন উরে......কয়া ভকখ্রব পোংনো মী হায়বসে—য়াথলন লেমইব, তৌথোরক্পন থাগৎপ য়াব্রিব, তাইবংপানগি নিংখিব, শা মরক্তগি অথোইব—ঐঙোন্দদি উফুলগি মফম মীন ঐবু মুংঙাইহনব ভমদ্রে। করিগিনো নোকইবদে?

রো—মীন মুংঙাইহনব ভমদ্রবদি লীলা উংপ মী থরন মজাইবুংঙোবু কুম্মে য়েংহল্লি হায়ত্রুন লাকইবসিদি অরেম্ব তারেনে।

হে- কয়া হৈবজাৎনোনে মথোয়ত্রবো ?

রোজে—মমাংঙৈদ মজাইবুংঙোন মুংঙাইন উবিখিব সহরদ অরাপোপোই লীলা উংপ কাংবুনি।

হে—মরৈবাক্ত মগুণ থঙনব মফমদদি উংহত্রুন লম চংথোরকইবদি করিগিনো? কোংহিলং কাবব জাং ওইরিনিদা।

রো—খুম্নখরং মচাবু তম্বিনব পুখোকপোকই, অত্রগা ঙৈবাকসিদ অনৌব থোদোক থোকইবসি য়েংবোই লাকপ জাংনি মথোয়সি

হে—অঙাং ভাক্তনিনে, কনান থাকপিবি ?

গি—লীলা মী শিংত্রাগ লুচিংবনি লাকইবসি।

হে—(খুরুম্বদ ওকই) ফবেদ লীলাগি কাংবু লাকপিবা। (খুং চিংনৈ) খঙদ্রে ঐথোয়গ খুড়া পাবুংগ হন্দোল- ইমাশিগবু নমথাক ত্তৌব তারদ্রা।

গি—করম হায়ন মজাইবুঙো ?

হেম—ঐদি ভাওদন কাব ওইনি; অরাং-অরাং নোংচুপ, মুংশিং মাইরম মথারোমদ ঙৈব মতমদ, ঐ খুম্নদৈ খুম্নখর মশক থঙই। লীলা মী অতৈদি ?

লীলা লুচিংব—ননাইশিং মপান্দ লৈহৌই।

হেম—ঐখোয় হয়েংদি লীলা অমা য়েংব তারে। মরুপ অনীমক লীলা-মী মপান্দ লৈহৌবশিংত পূবগ হন্নব পোলোনিয়সত থব শিন্নবি ম্মু, নিংথিন পীজ পাথক্লুন লুন তৌনব ঐন হায়রকই তম্বিক—

গি—ফনি মজাইবুংভো।                          (চংথি ২ ডু)

হেম—মরুপ, তাবিব্রা? নগৌযবু গোঞ্জেগো হাংথিবগিত্ শান্নব ভমগব্রাও?

লী-লুচিং—ভমজনি মজাইবংভো

হেম হয়েং ম্নংদাং মত্তু যেংব তাবে। অতুগা নখোয়ত, ব্রাইৎ পবেং ১২/১৬ লোম ঐনা থেংচিনব ভাংলকপ ভমগব্রাও?

লী-লুং—ভমজনি ইবুংগো।

হেম—অতুদি বিদায়, পোলোনিয়স উন্নবিক।

লীংলুং—ফনি।                              ( থুরুম্মগ চংথি )

হেম—কয় ফত্রব তোল্লব মীনাই মচানো ঐ। মতৌতন্থ লীলা মীন ইগুই ওইদব শরম শাবদ মপোন ওল্লি, মমাই ভাংই, মমিংত মপি কায ইরিংজেল ফদোকব ইঙ্গিংসিংগুম্ব য়াওবস্ত নত্তে, ঐবু পাদব নিপাবাও? ইকোই ফোইবগ ইমিংত কামশিলে, ইনাতোন পাযক্তন চিংজে, ঐব্ তুমিন্ন লৈথিদ্রা? লম্মন থুম্বা! ম্নংশিবব ইপা হাংথিবগি লম্মন থুম্মু হায়ন স্বর্গনম্ভু নবক্লম্ভু ইনসিল্লবদ ওক্তবীগুম্ব থম্মোইসি হাংদোকথিব্রাও ব্রাদমক ভাংতুন!

মীহাৎপদি মরৈ পান্দ্রবস্থু অঙকপ মরোলন তাকথোকই হায়নৈ। প'বুং হাৎখিব মতৌত্নগ মান্নব লৌলা, খুড়াগি মনাংদ উৎহনব তায়্, মমাইতু ঐন য়েংলগা মবুকন্নুংগি ঋ থঙগনি। ঐন উখিব ভূত অত্থু ফন্তব ওইরম্ব য়াই, ঐগি প্পুংঙাইতব, পুক্লৌং শোনবসি উঙ্গুন লক্লরম্বস্থ য়াই। অতুনাদ মতুদাগ হন্ন নাতৈ চাব মরম থিব তায়—লৌলান মতু পীগনি. নিং থৌগি থন্নু'তু ঐন ফাব ঙমগ ন।

(চৎখি)

(নোংম হৌখি)

## ৩/১

মীতিন কাদ, ফক্লা'দ য়ুথল য়াল্লি, ময়াইদ টেবিল ১ থারি, নাকল অমদ টুল অম মথক্ত ক্রোশ খিন্দুন লৈ।

নিংথৌ অমসুং রানী চংলকই, পোলোনিয়স, রোজেনক্রেঞ্জ, গিলদেনষ্টর্ন লোইনবকই ; তুং ওইরপ ওফেলিয়াসু হল্লকই ।

নিংথৌ—মাগ ৱাবী শাবদগি থডব ডমদে, মান পোৎখাভম থডদন চমন্নরিব, খুদোংথীব থোকপ য়ান মীরোল হুক্তবৈ মরমহু ?

রোজে মথৱাই মুংঙাইডেদি হায় মজাইবুংডোসি, মরমলা মুকতাক তাকড য়াদে ।

গিলদে—মজাইবু ডোগি পুক্রীংহু থোক্তুন হংউরবসু মরৌ অম লৈন ডাওশিন্নে।

রানী—নথোয়বুদি তরাম তরাম তৌব্রাও ?

রো—মহুগিদি য়াম্ন ফজন তৌবি।

রানী মান পামজব কারগুম্ব থবক্ত ৱাবী শাক্তুন য়েংলক্ত্রাও ?

রো—.য়ংজরকই ইবেম্মা, লীলা তৌব মী থর থুংলহুন মজাইবুংডোগ উন্নবৈ, হবাউ হরাউ তৌই, ডসি মুংদাং লীলা অম উংহনগনি হায়হৌই ।

পোলো—অচুম্বনি ইবেম্মা মহারানী. ইবুংডোন ঐডোন্দ তাকপিরকই লীলাড় ইবুংডোগ ইবেম্মগসু স্নামিংয়েং তাবিরবদি মুংঙাইনি হায়ন।

নিং—কৈনে য়েংসিনে, মহাক্ত অদুম্ন কুম্মেদ পুক্লীং চংবদুদি মুংডাইব য়ানি। অদুগ ইবুংঙোশিং মান পাম্বজবরোমসিদ মাগি পুক্লীংদু থৌজিনখিনব হোৎনবিয়ু।

রো—ননাই ঐখোয় স্নায়াথং মতুং ইন্ন তৌজনি।

( অনীদু খুকম্মগ চংখি )

নিংথৌ—চান্নবী গক্র্দ, নংদি ঐখোয়গ লৈবন্নু, মবমদি ঐখোয় মহাকপু ওফেলিয়াগ উন্নদুনা য়াবী শাহন্নগ লোন্ন তাগে হায়দুনা শিল্লি, করিগুম্ব মাগি অনাবসি মুংশি মুংওন্দৈ থোকখিত্রা খঙনব।

রানী—স্নায়াথংদু ইগুনি; ওফেলিয়া, ঐন পাম্বদি, হেমলেটন চোইত্রং পাত্রং তৌরিবসি নংগি ফজব নশক্কিদমক ওইরম্ব, অদুগ নংগি নতিক নগুম্ন মাবু ফংনব হান্নগুম, নখোয়নীমক্কি নমাই পাক্লব।

ওফে—আজ্ঞা ইবেম্মা, মদুদনি ননাইন নিংজরিবস্ু।

( রানী চংখি )

পোলো—ওফেলিয়া, নং মুরাইদ চংলু, চৌংলেমন নংন হৈনবীদ, ঐখোয় থুপ্পুনা লৈগে ...— লাইরিকসি পাও

( টুলদগি লাইরিক অম পী )

নথন্দ লৈব মতৌ মান্নব ; লাংনীং শকফম্ন, অমদি ধর্ম্মগি থবক্ত মীমুথাং মশামকপু চিনি তোপ্প য়াই হায়ব খঙনরপোৎনি।

নিংথৌ -( মথন্দ ) চুম্মব য়ানি, মদুন কম্না নান ঐগি থম্মোইদ থারবনো। ওক্কবীগি থজাইন মঙোন্দ ফজনব তৈরিবদৈ

হেন্না থীববু, কয়া হেন্না থীখ্রবনো ঐগি থবক্তুন মাবু লোংনব ডাংইব অশঙব ব্রাহৈদৈ। হে নুংশিবা পোংলুম!

পো—লাকপ মখোন তারে, থৈদোকাপসি হনিংথো।

( য়ুথল মরুমদ খুপহ, ওফেলিয়ান ক্রোশ মমাংদ খুকখুদক কুম্লি, অরাব ঈপাক্ত ঈরারুহুন হেমলেট চংলকই )

হেমলেট—লৈবাক নত্রগ লৈত্রব, মহুনি ব্রাহংদ, পুকমংদ ওর্মহুন স্নুম খাংবন কারব্রা, 'নংথায়বব লাইবক্ত লংলক্রিব স্নুংগায়, তেনয়াম, লক্রগ খুংলাই পাবখতুন থেলবাদ খুদো থীবে ঈপাক্ত, মখোয়হু মাইমোরংগ লোইশিনব। শিব, তুম্ব, মহুন লোহরে, ভূমগ হায়নে ফলে থরাং স্নুংভাইতব, অঙ্গা অনা কোঙ্গায়, ঈ তোগ নহোম লোইনবকন, শিব হায়াব্রব মরোহাস পান্নাংডাইহান, শিব, তুম্ব—মভগাম্নু মডলম্ব য়াহ, করি মডবু মডলমদগে হকচাং মকোন্স হুত্তোব্রগ! খডদবন শাংলব পুন্সিবু ব্রান থাংহল্ল; কনানাদ থাংডমগানি মতমন লক্কব, মাগি শাজৈ, মীংৎপন ভৎম, নাপলন জ্ঞাশওব, স্নুংাশ মাইবৈ খিব, অহুবু কিবন চিনহাল্লি শিবগ কারি থোক্কব, উনাব্রিব লৈবাক্রি, মাগি ভমথেদে চংলুবনখে হল্লক্তে, পাংদব ওইহাল্লি ব্রাথলাসন ঐখোয় পুম্নু, কোবথোং নাহাল্লি অব্রাপোংলুম অচোব, পায়থংপ ভমখান্দ্রে কান্নবব থবক ফাওববু। তপথখো থম্মোহ্নু, ফজবী ওফেলিয়া লৈবে।

ওফে—ফবব মজাইবুংডো, হন্দক মরকসি কমদোবিরিবগে?

হেম—নোল্লুক্ত থাগংচরি, স্নুংডাইজরি, স্নুংডাইজরি।

ওফে—ইবুংঙোবু নিংশিংনব পোৎ লৈজৈ ঐঙোন্দ, মতু হন্দোকচগে নিংজরকইব কুইরে। চানবিতুন হুজিক মতু পায়বিখ্রো।

হেম—নত্তে, ঐ ওইরিরোই, ঐদি নঙোন্দ করিমত পীখিদে।

ওফে—ইকাইখুম্নরব ইবুংঙোন পীবিখি, থঙবিরিনি, মতুগ লোইনন মুংশি-রাগৈ মমল কাহনব, মনমতু কমখ্রে. হুজিক্তি লৌশিন-বিরো, পীবিব মীন চানবিদ্রবদি খুদোনপোংতি মমল হৈগ্নে।

( মঙক্ত শিরিব মুক্তাপরেং হুক্তোক্লগ মেজদ থমই, মাগি মমাংদ )

হেম—( লৌতুনরিবতু নিংশিংঙ ) হা হা। নংবু নবুক শেংলব্রাও ?

ওফে—ঐবো ইবুংঙো ?

হেম—নংবু ফরিব্রাও ?

ওফে—করি তাকপিরিবনো ইবুংঙো ?

হেম—নংন নবুক শেংলবদি অতুগ ফরবদি, নংগি অশেংব নবুক-চেল্লন নংন ফজবগি মরমদ ঙাংউ য়ারোহ।

ওফে—ফজবন পুকচেল্ল শেংবদগি হেন্ন মমল কাব্রনে ইবুংঙো ?

হেম—কায় অচুম্বনি, মরমদি ফজবগি মতিক্ত পুকচেল্ল শেংববু ওক্ত বীদ ওন্থোকপ হানখিনি, পুকচেল শেংবৈ মতিক্ত ফজববু মশক্ত মান্নবদ ওন্থোক্তিংগৈ। করিগুম্বদ মসি ওইথোক্তন উই, হুজিক্তি মতম্ন প্রমান পীরে। নংবু ঐ মতম অমদা মুংশিরম্মি।

ওফে—অওইবমক, ইবুংঙোন ননাইবু অতুম হায়ন থাজহনবিরম্মি।

হেম—নং মতু থাজরমদবন লৈফে, ধর্ম্মন অরিব পোংপু ওন্থোকপ ঙমদে—মসিন হেন্ন হাওনি—ঐ নংবু মুংশিখিদে।

ওফে—মত্তুন হেল্ল ঐবু লৌনম্বিবে ।

হেম—( ক্রোশত থিল্লগ ) ন' লম্বোইবীত্তুম ওইরো, মপাপ চেনব মী পোকউত্তুন কবি কান্ননি ? ঐখোয় পূন্নমক তোল্লব মীফম্ভ ভাক্তনি, ঐখোয়বু কনামত থাজগন্নু—লখোংবীগি লম্বীদ চ'উ……( খঙহৌদন ) নখোয়গি বাজিদি ?

ওফে—যুমদ লৈহৌই, মজাইবুংডো ।

হেম – মাবু থো' লোনসিন্দুন থম্মুকো, মম্নমদ নক্তুন মফম অতৈদ অপ'ব শাকদনব। বিদায় । ( চথোকখি )

ওফে—( ক্রোশ মমা'দ খুকখুদক কুল্লগ ) থৌজাল হৈরব লাই-রৈবাক মহাকপু কনবিযু ।

হেম—( হল্লক্লগ ) কবিগুম্ব নংন লুহোংলবদি, অউনপোং ওইন থীরব রা অম পীরমগে—ঃ উনগুম্ন নবুক শে'জববস্থু, মীন নংবু থীন ভাংনদব তৌরোই, লম্বোংবী মবক্ত তিল্লু নং চৎলু, বিদায়…( হঙ্গৎহন্দা চৎলগ ) নত্রগ মযুম পান্নিংলক্লবদি, অপংব অমদ লুহো'উ, মবমাদ অশিংবশিংদি মুন্ন খঙই ন'ন মখোয়বু মথ' কায়ব শা শাহনবত্থ: পরপ পবপ লাম্বোই হৌ, চৎলু, বিদায় । ( চেনখি )

ওফে—হে লাইবৈবাক্তি পাঙ্গল, মহাকপু ফহনম্নু ।

হেম—( অমূক্ত হল্লক্লগ ) ন'ন য়েকপ'গি রাস্থ ঐ নিংথিন তারে, ঈশ্বরন নভোন্দ নমাই অম পীবিরম্মি, ন'ন তাতোম্ন অম শেমজরে, নংবুনি জগোইশাবী, শগোল, লোম্বোকত্রিবী—মমিংদি ঈশ্বরন শেম্ব জীব, ওক্তবন খঙদবশাবী—ওকলে,

মসিন ঐবু ভাওহল্লে। ঐন হায়রিবসিনি ঐখোয় অমুক লুহোংবগি য়া লৈত্রে. হান্ন হোংখ্রবশি'ন্তুন, অমথক নত্তন অতৈদি লোইন হিংখিনি। কান্নবোই, লম্বোইবী মরক্ত তিনখ্রো।

( অমুক চৎখ্রে )

ওফে—ও', ওন্থোক্ল ফখ্রব পুকচেল অম মা'লেদো! ফজরব লৈবাক-সিগি নীংনভম, যেংনভম, আতোর গুলাপ, চৎনবীগি মিংশেল অবেম্বদ তাবেদো! মুপীবক্তগি ঐন য়াহৌববী, লাইবক থীহৌরবী, মাগি মু'শিবব য়াশকখোন খোইহিগুম চুপ্পন্বীন, তাবেদো হুক্রিক্তি য়াক্লব খোনগায় মুংশিবম্ব শবীক্তে। ওঃ, লাইবকথীদকো ঐদে! ঐন উথিবক্ত উরবনি, উরিবসিস্মু উরবনি! ( লাই থুরুম্মি )

(নিংথৌগ পোলোনিয়সক লোয়্ন থোরকই )

নিংথৌ—মুংশিব! মাগি থম্মোইন্থু অদোমদ ডামথদে, মান ডাং-খিবন্তুস্মু মপুং খিন্তুং কায়বদনি অঙাওবৈ মতৌ নত্তে—কবিগুম্ব খব লৈবে ফুমন্তুন, মথল্লাই মু'ডাইত্রব য়াথলন মরুম কোল্লিব, মন্তুন কোকপদি, ঐ চিংনৈ খুদোং থীনি। মন্থু থিংনব থীন্দন মাবু থাবনি ইংলণ্ড, থৌশারক্তব লোইপোং থৌহল্লনব; ঈশিং ঈপাক্ল, মীপমন্তুন, অতৈ অতৈন মবুক্লীংদ ফুমলিব য়াতুবু তান্থোকখিব য়াই। হিরম অসিদ নং কবি থল্লি?

( ওফেলিযা চংশিল্লকই )

পোলো—আজ্ঞা, শোইদন ফনি। অত্তবু ননাই ঐদি নজাইবুঙোগি মুংঙাইতব হৌথিবসি, মুংশি মাইওন থৈথিবনরা থঞ্জে।

কমদোব ওফেলিয়া ? নংন তমত্রবস্নু মারে, ঐখোয় লোইন তারে মজাইবু'ডোন হায়খিব পূম্ব। ইনিংথৌ, অপাম্বদ তৌবিয়, মসিস্নু ফগদ্রা স্নাবুদ্ধি তৌবিয়ু—হোরেল লীলা পোটবব মতুংদ মমাশি ইবেম্মধ চীক্ক অমুক্তা উন্নহল্লগ মাগি মবুক্লীংদ লৈবিব ন্নুংডাক্তবব্ খেমতুন হায়দোকহনব, ননাই ঐন লোন্ন তাজব নীংন পাম্বিবগ, মতুদব্ হায়দোক্ত বদি ইংলণ্ড থাবিরো নঐন যাত্নন থম্বিগেরা স্নাপুক্লীংন তাবিব মতুং ইন্ন তৌবিব।

নিং—ফ[illegible], অহুম তৌবসি, অচো--অশাংন ডাওবদ য়েংশিন্দন থম্ব চুমদে।

( চৎখি )

# ৩/২

কুবাগি হোলদ, লাবোক্কি ফম্ফম নাকল অনীদ থারি ; মনীংদ কম্বংক থাবি নহুংগি ষ্টেজ ওইনব যুথলন খল্লি।

হেমলেট অমসুং লীলা মী অহুম য়ুথল মরুমদৈ থোরকই।

হেমলেট—( লীলা মা মকোক্ত ) য়ারোলশিংদু ঐন নডোন্দ হুজিক তাহনখিবতুম্ম ডাংউ, লৈতোন্দ তুবেল মচান তান নাইন চেনবগুম, লমজাওদ পোৎ য়োনবশিংন লাওবতুগুম্বদি কান্নদে।

নখুংন হোরাই ওইহুন মুংশিৎ পংলেন্দ লেনগনু, পুক্নাং ঈহুলবু মচেৎ মচেৎ শেৎলগ লংথোক্লন্ত, মাগি নাকোং চাংথায়হন্নব। মহুগুম্ব মাহুবু ঐাদ ব্লাশন কন্নিংই, ভীম শাবন ভীমদৈ হেন্ন লাণ্ডব হৌনদে।

লীলা ১—ননাহ ঐথোয় স্নায়াথং মতুং হন্ন শোহদন তোঙ্গান।

হেম—মহু হান্ন হায়হুন গাড়সনগুম্ন তেগদবাদ নণ্ডে, ব্লাখলবু ওঝা ওইহল্লু, ব্লাহৈগ থবক্ক চানহল্লু, মহোশাগি মাম তানব মংশেলহু পাহয়ু; অহুগ মতমগি চাহ অনম্লুং হকচাংবু মতিকচাব মণ্ডং অমম্লুং ঈথীল পীয়ো।

লীলা ১—এথোয়গি হরন্নাহহু য়েংদন শেমদোকচরে নাংজৈ মজা-হবুংডো।

হেম—অহুগ নথোয়গি ফাগীপুব মাশিংহু মথোয়দ পীব ব্লাদৈ হেন্ন ভাংহনগম্নু, ব্লাখল হোব ভাবোক থব্ন নোকহন্নব, মথোয় মশাস্নু খিগংপ য়াণ্ডই, লীলাগি ঈচেল্দ থন্নম্নিব খুদক্কা। অহুগুম্ব ব্লাখল নৈতব থবক তৌহনব য়াদে। চৎপো, শেমশারুরো।

(লীলামা মথৈ য়ুথল মরুমদ চংথি;

(পোলোনিয়স থোরকই)

হেম—কসকম তৌবা অহল? নিংথোবু লীলা য়েংগদ্রাণ্ড?

পো—মহারানীস্নু য়াণ্ডন মিৎয়েং তারানি, হুাজকমক লেংলক্লনি।

হে—অহুদি লীলাগি কাংবুহু থব্ন পরপ পরপ তৌহনবিরু।

পো—য়াম্ন ফনি ইবুংডো। (চৎথি)

( হোরেসিও লাকই )

হেম—কমদোবা হোরেসিও !

হো—মুংশিরব ইবুংঙো, মায়াথং তাকপিবত্নদ।

হেম—হোরেসিও, নংদনি ঐন থাগংপ য়াব মী, চীরোল নত্তে মরুপ, লাইরবদ চীরোলন করি কান্নানি ? মরাইবকফবনি মথোয়দু ঈগ য়াথলগ লিংজেল মান্নন বাঁশী ওইয়ু য়াদব, লক্ষ্মীগি খুৎশান থৎনিংব থৎপদ। মীদু ঐঙোন্দ পীয়, অপাঙ্গি মীনাই ওইদব, ঐহাক মাবু লিক ওইন শিগে থম্মোইগি থম্মোইদ। ভাংথো মরুপ, ঙসি উৎতোরিব লীলাগি সীন অমদ, ঐন নঙোন্দ তমখিব পাবুং হাৎখিবগি য়ারীদুগ মান্নব অম উৎতোরি। নংস্থু খুড়াগি মমাইদু মুন্ন য়েংউ, ঐস্থু য়েংগে কুম্মৈদু উরগ মরালদু মমাইদ উৎলক্ত্রবদি, নহাক ঐখোয়ন থেংনাখিব ভূত্ত্ব, অওকপ ভূত নত্তে।

হো—ফানি ইপু ইনাই চংতুন য়েংবদ হেক্ত ফানি। ( ট্রম্পেৎ খোংই )

হে—মথোয় লীপ য়েংব লাক্লে, নংস্থু ফম্মু—ঐ তনশিন্নগে।

নিংথৌ, রানী চংলকই, পোলোনিয়স, ওফেলিয়া, রোজেন গিলদেন, অতৈ অওম-অথৌ হন্নরকই ; নাকল অমদ নিংথৌ, রানী, পোলো ফমই ; অতোপ্প নাকলদ ওফেলিয়া, হোরেসিও অমস্থুং অতৈ ফমই।

নিংথৌ—কমদোরিবগে হচাইবুংঙো হেমলেটপু ?

হেম—য়াম্ন মুংঙাইজরি, মচু ওনব হংকোক্ক পুখমদগি হরাওহনরান থল্লব মুংশিং চাজরি—অস্থুম্ন য়েনবা থাকপিবদি য়ারোই।

মিং—নংগি পাউখুমসিগ ঐগ মরী লৈনদে হেমলেট, য়াহৈশিংছ
ঐগ নত্তে ।

হে— নত্তে ঐগিস্থ নত্রে হুজিক্তি । ( পোলোনিয়স্ত ) অহল ইবুংঙো,
বিশ্ববিদ্যালয়দ তম্বিবিভৈদ লীলা য়াওবিথি হায়বদায় ?

পো— য়াওজখি মজাইবুংঙো, ঐবু অফব এক্টরনি হায়নখি ।

হেম—করি শাবিখিবগে ?

পো—ঐ জুলিয়স সীজার শাজখি । ঐবু কেপিটোলদ হাৎখি, ব্রুটসন
ঐবু হাৎখবান ।

হেম ব্রুটসকি ( শা ব্রুটকি শরুক্তুন হাৎপনিদন অতুক কেপিটেল
ওইব ( ফজব ) সন্নাওবু মক্ষমতুদ । লীলা হৌব য়াব্রিবাও ?

রোজেন—মজা ইবুংঙোগি য়াথং ভাইহুন লৈজরে ।

রানী - লাও হেমলেট, ইমাগি নাক্ত ফম্মরাও ।

হেম—ফমজরোই ইমা অফবী. সিদন হেন্ন য়েংব থুংভাইব লৈরে ।
( ওফেলিয়াদ ওনশিল্লি )

পো—( নিংথৌদ ) ওঃ হো ! সনাম্নিংয়েং তাবিরেদনা ?
( হেমলেট য়েংলগ মুরুম মুরুম শোয়ৈ )

হেম—লৈমা, নতম্বাক্ত থর তুমগে ?

ওফে– মাই ওম্মোই মজাইবুংঙো ।

হেম —ঐন হায়বদি, ইকোকসি নতখাক্ত থব ভাগে ?

ওফে—ফনি, মজাইবুংঙো । (মখোওদ ভাক্তন হিপথৈ )

হেম—মথারমগি য়াখল ওইরবোই নীংব্রাও ?

ওফে—করিমত থগুদে ইবুংঙো ; থর মুংভাইবিরব্রা ?

হে— কনা, ঐবো ?

ওফে—মানি ইবুংঙো।

হে— হে ঈশ্বর, মী অমন মুংঙাহৈব নওন কৈদোম্বুন লৈদগে, মরমদি য়েংউ ঐখোয়াগ হয়াংশ. কয়া মুংঙাইন উরিবনো. পাবুংন লৈথিদব পুং শদি ভাইরি।

(রানী মমাহি লেনোক্লুন নিংথৌ অমদি পোলোনিয়সক মুরুম মুরুম শেন্নখি)

ওফে—নত্তে, থা অনাবু ওবে, ইবুংঙো।

হেম—হে লাইরৈবাক ! শিব থা অনা ওব্রবা, অহুগ হুজিক ফাওব কাওদ্রিবা ?

(ট্রিম্পেৎ খোংহ, য়ুখল হায়দোকপদ মন্নুংগ ষ্টেজহু লৈরগ্নি; অহুগ মহুদ রাঙাদন কুম্মে অম উৎলঃ)

রা ভাংদব কুম্মে :

নিংথৌ অমগ রানীগ চনন খোবকহ লেঙ্গোন্নরগ, রানীন থুরুথুদক কুম্মি অহুগ নিংথৌবু নীংঙবে মতৌ উৎলি, নিংথৌন চিংথংলগ ভইহুন মঙঙ ভাথে, লৌগ ফন্মুংদ হিপথে ; তুমথখিব উহুন বানীন মাবু থনম্মগ চংখি : থীন্দন অতোপ্পা নিপা অম লাক্লগ মাগ লুক্তু লৌথোকই, মহুবু চুপই, অহুগ তুম্মিনহুগি মনাকোদ হিদাক মহী অমা হৈজিল্লগ থনম্মি; রানীহুন হল্লকপদ নিংথৌহু শিরম্ব থেংনৈ, থরাইচাক্ল অরাব ফোংদোকই : হু হৈরম্ব নিপাহুন মী ৩।৪ লোইনহুন অমুক চংলকই, রানীহুগ রামিন্নব উৎলি : অশিব হকচাংহু থাং-

দোকখি : হু হৈব নিপাচুন রানীবু থেমহৈ খুদোনপোং পীছন অহানবদ ওহাক শাওন য়ারমদে, মমৈদদি মুংশিব উংখি। মুখল থাদখি।

( হেমলেট লাংতকুন উই , নিংথৌ রানীদ য়েংচুন লৈ, পোলোনিয়সক মথোয় অহুম লোইদি ফাওব রারী শাই। )

ওফে—মসিগি অর্থবু কবিনো মজাইবুংঙো ?

হে— করি ওইদগে, মসিগি অর্থদি রাকায় থৌনি।

ওফে— উৎখিবচুন লীলাগি বাবেং ওইব ত'বে।

( লীলা-মী অম থোবকই : নিংথৌ রানী তানব ওন্নিল্লি )

ওফে—কুম্মৈগি অর্থ মান ঐথোয়দ তাকপ্রা ?

হে— ( শাওরপ্প ) .তায়, ক'বিংঙ্গ কুম্মৈ'গম্মু ন'ন মঙোন্দবু উৎলুববদি- ন'বু উৎপদ ইকাইদ্রাও—, মাদি মচুগি অর্থ নঙ্গোন্দ গুন্দোকপদ ''কাইবোই।

ওফে—মীবোল ে'ংদ্রে মীবোল ঙাংদে, ঐ ল লা ওইন য়েংজবগে।

লীলা-মী — ঐথোয় গ অ'দি ঐথোয় লীলাগিদমক হকোক নঙ্গচন মমামগি থোংালদ ি'দ্ব ব তা'বনব প্পুক্রীং লৈতান। (চংখি)

হেম—মসিনু র'হৈলোক্লা নত্রা খু'প্পু িনব শৈবেং মতেক্লা ?

ওফে—তেনখ্রে, মজাইবুংঙো।

হে—প্পপীন মুংশিবহুম ।

( লীল ফম্বাক নিংথৌ অমগ রানী অমগ থোবকই )

নিংথৌ শাব- থা তবানিশোক কুম্মান অরাইব মচান উৎতুন, থোকখ্রে ত'ইবংপান কুম্মা তবানিথোইরক ; মুংশি লিচৌন পুনউদগি লৈপুন ওইন তমানীবু শেংলব লুহোং পরৈদ।

শ্ব

রানীশাবী—চৎখিসনু সুমিংস্থু থাম্বু থোংচৎ অতুকলক ঐখোয়গি স্থংশি রারীম লোইট্রিদৈদ। অরাবদি, ডমদন উরে ইবুংঙোবু হন্দকমরক, পুক্কীং মকা লাম্বিদ্রে হান্নগুম, স্থংশা থীজবে।

নিংথৌ শাব—অচুম্বনি, থনস্ব তাবে নংবু স্থংশিবী থীন্দন, ঐবু থৌরিব পাঙ্গলন মখৌ থাগে নিংলক্লে। লৈথগৌখো নহাক্তি ফজরব তাইবংপানসিদ লেমন, স্থংশিনন, ঌ ব ম্বই অম থৌজাল হৈরব নপুরোইব—

রানী শাবী—ওঃ, মথা তাবিবস্থ!

অতুম্ব স্থংশিবদি ওইনি নমথাক ঐগি থম্মোইদ. অনীশুব ইপুরোইবদি লাইবক থীনব ওইসস্থ ঐঙোন্দ, কনাম্ব অনী শুবদ লৈনদে অহানবতু হাৎলস্ব নত্তব।

হেম—মতুদি তু পাম্বীনি, তু পাম্বী।

রানী শাবী—যুম্নাই অনীরক্তি খুদমশিংতু—

অচোপ্প য়ুম্বানলোন ডাক্লি, স্থংশিবৈ নত্তে। অনীশুব স্থপাদ লৈ হেক তুকংন, অহানব নিপাত্ত অমুক্ক হাৎপনি।

নিংথৌশাব—নংন হায়বিরতু নংন থনবনি ঐ থাজৈ, অতুবু লেংখ্রবহ ঐখোয়ন তোইন থুগায়। অনীংবদি কৈস্থ নত্তু নিংশিংবৈ মনাইনি, মতু শংলিডৈদদি উহৈগুম্ন উন নাপ্প, মল্লগন মথন্দ তাজরকই নোম্মুদন। নীজবগ লাইবক্ক অয়ুক ওম্ন তৈনৈ মতুদি খৌরাং কয়া অরেম্বদ তায়, ঐখোয়গি বাখলশিংতুদি ঐখোয়গিনি, মথোয়গি পনথুংফমদি ঐখোয়ন তৌব নত্তে— ময়ম অতুন নয়ুম অমুক পাল্লরোই থম্নবস্থ রাখলতু শিখিব য়াই অহানব নতৈন শিবদ।

রানী শাবী—পীদসম্নু ঐঙোন্দ পৃথিবীন চিঙ্জাক. নোংখক্কু মঙাল, হয়াওকুম্মৈ পোত্থ'বন খোঙ থিংসম্নু অহিং মুংখিল. তান্নসম্ন ঐবু অৱাখৌন তাইব'দস্ন তু'দন্ন. লুখ্রাবী ওইরগ য়ুম্ন অমুক ঐন পাল্লবদি!

হেম—হুজিক মা'গি রাশক্কু কায়দোরিব্রা!

নিংথৌ শাব য়াম্ন লুন রাশকলে। ঐবু ওহাক্কংসিদ থনম্মু মুংশিবী ঐ হৈনীংব্রে, তূম্নগ থা'ংলগে তম্নব মু'খিলসে।

( তূমথখি )

রানী শাবী—তূম্বন পোত্থ'হনসম্ন নংগি থোম্ন্, লাইবক থীব খোক্তসম্ন ইমানীগি মরক্ক! ( চৎখি )

হেম—ইমাশি লীলাসি মু'ঙাইবিব্রা'ও?

রানী—মুপীতু. ঐন খনবদি. রা য়াম্ন হেম্ন হায়মনখ্রে।

হেম—ও, অত্নবু মহাক জবান ঙাক্লনি।

নিংথৌ—নংবু রাবোলশিংতু তাহোব্রা'ও? মতুদ মরাল য়াওব্রা'ও?

হেম—নক্তে, নক্তে. মথোয়দু ফাগি তৌবনি, তু হৈবনি ফাগি ওইন তাইব'পান্দ অবানব লৈতে।

নিংথৌ—লীলাসি করি মমিং কৌই।

হেম—উচিবাং। ক.দো'বিবগে? লীলাসি ভিয়েনাদ পোকখিব মীহাৎপ অমগি মমিংনি। দিউক অক্লাগি মমিংন গোঞ্জগে', মাগি মুপীন বেপটীস্তা কৌই—হুজিক তোরগ উবিনি; অতুকপ কুম্মৈদি নক্তে, অত্নবু মান কৈদৌনি? ঈনিংথৌ, পাপ চেন্দব ঐখোয়দ মসিন শোকপোৎ নক্তে—মরাল লৈবী কনাগুম্বীন উবগ নুংঙাইতব য়াই, ঐখোয়দদি শোক্কদব নক্তে...

(লীলাগি লুচিংবত্তুন লুসিয়ানস শারগ ফুরিৎ অমুব হকচাং নপ্প অম লিৎলি মথুংত হিদাক লিক্লি মচা ১ পায়, নিংথৌগি মনাক্ত চৎলি খিগৎতুন অমস্তং শিংতুন )

মসি লুসিয়ানস কৌব নিপ অমনি, নিংথৌগি মমাকনি।

ওফে—মজাইবুংডোদি স্তুত্রথিবগ চপ মান্নবিরে।

হেম—নংগ নংন মুংশিনবগ নৈনব মবীতুগি অর্থ ঐ হন্দোকপ ডমগনি হং-শিংহন নৈথোক্লাবনত্ত উববদি। নং নপুবোইবশিংবু লান্ন থল্লি ... ( য়েংথৈংলি ) হৌবো, থোরকলো মীহাৎপ ! মখোন য়াক্ল থোংক্ত ক্লাক্ল লম্মান খুমগদবগি—

লুসিয়ানস ( থোরক্লগ )—

অমুব রাথল, হৈনবব খুৎ, মতিকচাব হিদাক, তান চাবব মতম, কনামতন উররোই, তমথীরব হু, নংগি হৌনবীহু তৌবো, কান্নরিব থরাই খুদক্ত লোশিল্লে।

( মনাকোংদ হৈজিল্লি )

হেম—হু হৈজিনখ্রে, নৈকোন্দ তুংম্মইডে, মরল মথুম পান্দগি, মাগি মমিং গোঞ্জেগো কৌই, রাবীসি মমিং চৎলি, অথল্লব ইটালি লোন্দ ইবানি. মীগাৎপতুন গোঞ্জেগোগি মুপীগ মুংশিনখ্রনি য়েংউ থান্দন।

( মমাক্ত মকশিল্লব নিংথৌ হৌগৎলকই লেপডম শাডমদন )

ওফে—নিংথৌ হৌগৎলে।

হেম—করিনো, মৈস্থ নত্তন কিশ্রবা !

রানী—কৈদৌঙিরবগে ইবুংডো ?

পোলো—লীলাহু তোকলো।

নিং—মৈ থাঙ্গংলু হায়- চৎলু! (হোলদৈ ফি ন চৎথি)

পো—মৈ থাল্লো, মৈ থাল্লো, মৈ থাল্লো!

( হেমলেট, হোরেসিও নত্তুন অতৈ চৎথি )

হেম—কিবব শজি অমোম চৎথিসনু কপ্পুনব, শজি পাবন পান্নসনু নিংডায়দন; মবমদি থরন শংগানি থবন তুম্মিডৈ, মতৌ অসুম্ন তাইবংপান পান্নরি! ফরব হোবেসিও, ভূতন হায়রম্বহু পাউণ্ড লিশীং ১ পীব য়াই······নং উহৌব্রাও?

হোরে- য়াম্ন নি-থিন উক্লহোই মজাইবু ডো।

( রোজেন, গিলদে হল্লকই )

গিলদেন—মজাইবুংডো, বা অমত্ত হঙ্গংচগে।

হে—ইতিহাস অম হায়বিয়ু।

গ--ইনিংথৌ ওন্থোক্ল নুংডাইতন পোত্থাশংদ লৈবিহৌরে।

হে—কারিনো য়ু থকউরব্রাও?

গি—থরাই নুংডাইতব, হকচাং ডমদবগুম্ব ওইব তায়।

হে—অহু ওইরগ ডাক্তরদ হায়খিরুবন জ্ঞান তাব ওইরোইব্রাও?

গি—ইমাশি ইবেম্মন ননাই ঐবু য়াম্ন নুংডাইতন ইবুংডোগ উন্নকনব থাবিবকপনি।

হেম--ইমাশিন করি হায়রকপা?

রোজে—ইমাশিন মজাইবুংঙোবু চোম্প্র অবৈদ চীক্ল রারী অমত্তং শাবিনিংব মানে।

হেম—মহুন লোইরব্রা?

রোজে—ইবুংঙোন ননা, ঐবু মতম অমদ নুংশিবিরম্মি।

হেম  হুজিকম্ভু ঋংশিন্নিনা হুয়ানবশিংহুন ।

রো—ঋংঙাইবিদবগি মবম্ভু করিনো ফরব ইবুংঙো ? মরুপ্তু অরার
তাকথোকপিদবদি নীংথা তম্বরু ঃংং লোন্দুন থগ্বগুম্বনি ।

হে— ঐন চাওখংনব লৈজদবননি ।

রো— নিংথৌ মশামক্ত হায়ার, মজাইবুংঙোন খুভম শিনবিহৌনি
হায়ন

হে—হোয় মরুপ, অতুবু লম্বোঙ্গ ট্রিবনিন প্রসাদীহ্ -।
( মীলাগি লুচিংবন বাঁশী থর পায়রগ থোরকই )

হে— ও, বাঁশীরা ? অমত্ত য়েংগে ।
( অম লৌরগ গিলদেন কৌথোকই থিত্তং )

ঐন কোথোকইবসি অত্তৈগি নংও, করিগিনো মরুপ্প ঐগি
ঋংশিৎ মাইরম থঙনব কোইন ইন্নরিববো, ঐবু য়াই চিসহনগে
হায়ব মতাঙুম ?

গি—ওঃ, মজাইবুংঙো, ঐগি ইথৌসি ইচং থোমনবন, ঋংশিনবদ
ব্যবহার থর য়াৎপ তারে।

হে— ঐ মত্ নিংথিন ভাব তাত্রে- বাঁশীসি থোংবগেরা ?

গি—ইবুংঙো, ঐ হৈজদে।

হে— ঐন হায়জরি—অমুক্তদি।

গি—থাজমিন্নু, ননাই ঐ মত্ অমুক্ত শোকচন্দ্রি।

হে— মীনম্ব ঙাংবগুম্ন মসি ইরাই লাইবজাৎনি, অহোবশিংসদ খুৎশান
নম্বিয়ু, চিম সদ কাম্বিয়ু, ঋংশিরব হশৈ থোরক্তনি—য়েংবম্ন,
মথোয়সিন মেনফমনি।

গি—মুর চান খোকহনব ঙম্মোই, ননাই ঐ হৈজদে ।

হে—বাঁশীসিবুদি খোংব হৈবিদে হায়রি, ঐবুদি করম্ম খোংবিদোরি-বনো ? ঐগি অহোব, কান্তম, মথোনফাভমদি খঙবিত্রাও মুংশিব ইশৈ থোক্লব, অঙকপাগ খনুং খঙবিনব ? ঐবু কৌনিংবু যন্ত্র অম কৌবিয়ু, এবু খোংবিবাদ হৈরোই, ঐবু ওৎপিবু ঙম্মবস্তু— ।

( পোলোনিয়স লাকই )

ঈশ্বরন য়াইফহনববিগনু অহলবু ।

পো—মজাইবুংডোবু, নমাশিজন রাবী অন শাল্লি'মানে, থীন্দনা ।

হেম—আদগি লৈচৌনসি উঁবিত্র।, উংকি মওং য়াম্ম মানবসে ?

পোলো—মপৈ অসে, মানি, উটমক মাল্লি।

হেম—ঐন মসিবু থৈরোই মান্ন খল্লুরিবা ।

পো—মনঙ্গনসি থৈবোই মাল্লি ।

হে—নত্রগ ঈশিং শামু মান্দ্রা ?

পো—ঈশিং শামু মানখ্রে য়াম্ম ।

হে—অদুদি ঐ ইমাশিগি মনাক্ত লাক্লনি থীন্দন । (মথন্দ) ঐবু মথোয়ন ঙাওনিংব মথৈ ঙাওহল্লি । ঐ থীন্দন লাক্লনি ।

পো—ঐ অদুম্ম হায়জরুগে ।

( পোলো, গিলদেন, রোজেন চৎখি )

হে—'থীন্দন" হায়দোকপদি লাই । ইথন্দ খঙ্গিরম্মো মকপ ।

( অতৈ চৎখি )

যাহু হৈবশিংন হৈনয়ব অহিংগি মতমদুমক্লি, মতমসিদনি

গিজাগি শূমা'ন হকাম চনব, নরক মশামক্ল হোন্দোরকপ মুংশাশোরগ তাইবংপানগ লৌনব, হুজিকপু ঐ ঈ অশাব থকপ ঙম্রদ্রা, অতুগ তমথীবব থবক পাংব, মুংথিলন উবদ নিকদব : মোস্থখো হুজিক্তি ইমাগি নাক্তনি—

হে—থম্মোই, নংাগ নচৎতু মাংহনখিন্নু, নেবোগি থরাইতু চেংলব থম্মোইদ ং'হনফদে, ঐ তমথীবদি ওইগে ইহৌশাদি হোংদন ঙাংঙুনি মঙোন্দ থিম্নথা'ঙাক্ত থিন্দি থিন্দন——

( চৎখি )

# ৩/৩

মীত্তিনভম কান মপান্দ লৈবগ, মতুদ চ'ভম ওইনব কাদ ( Lobby ) লাইখুরুম্নব ফাল অম থারি।

নিংথৌ, রোজেন, গিলদেন লৈ।

নিংথৌ—ঐ মান ভৌ্বিনহ্ পামদে, মাবু অহ্‌ম্ন ডাওহনবম্ন ঐথোয়গি খুভম চেংলোই। শেমশারে, নথোয় মাবু ইংলণ্ড পুখ্রো', ঐ থৌন্দন নথোয়গি চেহু থাহল্লগে। লৈবাক্তি আইন্ন য়েংহুন লৈব ভশ্নরোই পুং খুদিংগি থোরকহব খুদোংথীব মাগি মকোক্তগি।

গিলদেন—ঐখোয় শেমশাব লোইজরনি। কিবিরিবত্থ ধর্ম্মগি অশেংব লিচীংনি, ইনিংথোন থাকপিতুন হিংনরিব মী অসুক য়াম্বগি খুদোং চেৎননবনি।

রোজেন—ইনিংথৌগি থাজনাদি মথন্দ থক মাংদে. ঈচেল অচৌ-বগুম মনাক্ত লৈব মথৈ চিংথৈ। মথন্দ থক মুংশামপী হোনখিদে নিংথোন, লৈবাক মীয়ামগ ময়িন্নব নত্তন।

নিংথৌ—খুৎলাই ফিজেং লাংউবো থীনদন চৎনব, ঐখোয়ন খুরৌ চনব তায় অকিবসি, লৃজিক খোঙথাঙ মনীং তম্মল্লকইব।

রো—ননাই ঐখোয় পন্থজররোই।

(মখোয় চৎখি)

(পোলোনিয়স লাকই)

পো—ইনিংথৌ, ননাইচু মমাগি নাক্ত চৎনি, রুখল মরুমদ ননাই এ তাজকংগে, স্নায়াথং চুম্ন তাকপিব মক্ত ইন্ন; নত্তে মমা মচাদি মহৌশান মীচংনৃদো, ইনিংথৌন চেপত্রিহৈদ মরোল হন্দোকচরগে।

নিং—ঐগি চান্নবব অউম্ন, থাগৎচবি ………

(পোলোনিয়স চংখি, নিংথৌন হঙ্গংহন্দা চৎহৌই)

ইয়াম্ব হাৎলুব! মসিন্নুক চাওব মবাল লৈব হৌনরে। লাইখুরুম্ব চংদে, পুক্লীংন অনী লোংবন। পাপ চেল্লব খুৎসি ইয়াম্বগি ঈন থাগৎলবম্ন, উনমুক ডোন চামথোক্লব নোং লাইবৈবাক্ত লৈরিবোইত্র্া? ইবালত্থ হৌখ্রে, করম্ব লাইশোন্ন পক্লনি? মহৈদি চারি: নিংথৌ-লুহুপ, অচাওবম, বানী,

মী-হাৎপ ইরালন্থ কোকপিয়্ য়াগন্ত্রা ? আইনবু লৈব য়াই ফত্রব তাইবংসিদদি, লাইরৈবাক্তুদি মতু য়াবমগনি থাজদে। মতুদি কমদৌনি ? করি উপায় লৈরি ? ওঃ, তমথীরব ফিভম্রি ! অশিবগুম মম্লব থম্মোই, নভক কল্লব খুকউ, লৈভাহুম হায়জো নোংথক্ত ; ইম্পাংকি থম্মোই, থোংলু পিক্লিব অভাংগিগুম ।

( খুকউ লৈতাহুন খুকম্মি )

পৃম্নমক ফরকপ য়াই ।

( হেমলেট মীতিনভমদ চংলকই, নিংথোবু উই অতুগ চংখি

হেম—হুজিক ঐন থক তৌববদি, অতুবু মহাক লাই খুকম্মিদো · হুজিক ঐন হাংলবদি, ( থাংশংলি ) মহাক স্বর্গ কাথিনিদো ; অতুন ঐ লম্মন খুম্মত্রা ! মতুগি অর্থদি সিনি : মীফত্ত অমন পাবুংবু হাংলে, মতুগিদমক অমত্ত ভাইব মচানিপা ঐন, মীফত্ত অতুবু স্বর্গদ থাব··· ···

কবিগি, মসিদি লম্মনখুম্ব নত্রে, অরামন পীব তারে , ইপা হাংপিবগি অরান খুভম ফংহনব ।

ভাইথো থাংশাং, মতম চাব ভাইথো ;

( থাংশাং থমজিল্লি )

মান ম্ব ভাওরগ তুম্ব, নত্রগ শাওব নত্রগ জুরার শান্নবগুম তৌম্নিভৈদ হাংলু, মতু ওইববদি স্বর্গদ মথোভন কাওরম্মগ চোংথখিনি মহাক তমথীরব নরক কোমদ

( চংখি )

নিংথৌ—( হোগংলগ )

য়াহৈন ঐগি পাইথংগ্রে নোংথক্ত, লৈহৌরে য়াথলন লৈথাদ।

য়াথল য়াওদন য়াহৈদনদি কাদে স্বর্গ কৈদৌউদস্নু।

( চংখি )

## ৩/৪

বানীগি কাদ য়ুথল কয়া থস্লি, ফক্লাং অমদ নিংথৌ হেমলেট অমদি ক্লাউদিয়সকি অয়েকপ শক থেংলি, ফম্ফম খর অমস্লুং ফমুং অম থাবি।

বানী অমস্লুং পোলোনিয়স

পোলো—মহাক চুমথ্রিংন লাক্লনি। মাগ অমত্ত ওইবগি মতৌ তৌবিয় মহারানী ইবেম্মন। মান হন্দকমরক তৌবকইব ফাজীসি হাকমল্লবনি শাকে'দ হাপ্পদ, অহুবু ইবেম্মন থনখিবন মাবু মৈশা য়েহন্দবনি হায়ন ভাকপিয়ু। ননাই ঐ মকুম সদ থুপ্লুন লৈজগে—হায়জবিবসিনি মঙোল্দ ইশৌ লাংবিরুস্নু, মোন- বিয়ুকো।

হেম—ইমাশি, ইমাশি, ইমাশি।

রানী—জবান পীরিবসিনি নডোন্দ, ঐবু করিমত কিগনু। হন্দোক্লো, মহাক মাকপ মখোন তারে।

( পোলোনিয়স য়ুথল মরুমদ লোংলি )

হেমলেট—( চংলক্লগ ) হুজিকপু, ইমাশি, করি মরমগিনো ?

রানী—হেমলেট, নংন নপাবুংবু য়াম্ন শাওহল্লে।

হেম—ইমাশি, ন'ন পাবু'বু য়াম্ন শাওহল্লে।

রানী—লাও, লাও, নং তরুব লোন্দ পাউথুম পীরি।

হেম—চখৌ, চখৌ, নংন মুংশিহৈত্তব লোন্দ রাহং হংই।

রানী—করিনো, কৈদোরবগে হুজিক হেমলেট ?

হেম—হুজিকপু কৈদোরবগে ?

রা—নং ঐবু কাওরব্রাও ?

হে—কাওজদে, খৃষ্টন সাক্ষী কাওদে, নহাক রানীনি, মপুরোইবৈ মনাওনিপাগি মুপী, মতুবু নংলমত্রবদি, নং ঐগি ইমাশিনি।

রা—নত্তে অতুম্ন তৌরবদি, ঐ নঙ্গোন্দ রা ডাংব ডম্বশিংতু থাজিল্লকপ তায়।

( চংলি )

হে—লাকখো লাও, ফমথখো, করিমত লেংব য়াদে, চংথিব য়াদে, ঐন নঙ্গোন্দ মিংশেল অম খান্দ্রিফাওব, মতুদ নংন উব য়াই থমুংগি নমি। ( মপাম্মোমদ ফায় )

রা—কৈদোদোরিবনো নংবো ? ঐবু হাংকে তৌবদি নত্রাও ? তেংবাংবিরো, তেংবাংবিরো কনা কনানো।

পো—করিনো কৈদোরে ! তেংবাংলো, তেংবাংলো।

হে—( চোংশিল্লি, থাংশংতুন য়ুথল কাওন থিল্লি ) কমদোয়ে হুজিক !

উচৌরা ? শিরব সিকি অমগি, শিরে।

পো—( তুথখি ) ওঃ, ঐবু হাৎলে।

রানী—অরাবনি ঐদি, নংন তৌরিবসি করিনো ?

হে— নত্তে, ঐশু খুভদবনি, মসিবু নিংথৌরা ?

( য়ুথল হায়দোক্লগ পোলোনিয়স শিরম্ব উই )

রা— ওঃ, কয়াদ ফিংখ্রব ঈমু তাব থবক্লোসে !

হে— ঈমু তাব থবক—ফজবদ অম্মা ওইনি, ফরবী ইমাশি, নিংথৌ অম হাৎলগ, মনাও মুপাত্নদ লৈবগ।

রা— নিংথৌ অম হাৎপগুম !

হে— মানি লৈমশিজ, মহু ঐগি হাহৈনি…(পোলোনিয়স্ত) নবাইবক থীবব, ফিংলব, নথৌ লৈতব অপংব, বিদায় ! ঐদি নংবু নভোন্দ হেনবহু ওইন লৌরুই, নরাইবক্ত তম্বহু ফংজবে, নং খুভলরিনি থবক কনমনবদি কবিগুম্ব খুদোংথীবনি হায়ব।

(য়ুথল থাদরগ মমাই লৈরকই )

নখুৎতু শুমগম্ব, ইংন ফমহুন লৈয়ু নংগি থম্মোইহু ঐ শুমহুন য়েংগে, মরমদি কান্নত্রব চৎনবীন নংশিলহক্রবদি জ্ঞান তারকপ য়াই।

রানী—ঐন করি থবক তৌরুবগিনো, ন'ন অহুক হৌন অহুক থীন ঐভোন্দ নরৈ থৎপগি থৌনা লৈম্বিবহুবো ?

হেম—অসিগুম্ব থবক অম,

মহুন নোল্লুক লৌচৎন লেমব অমদি মাইভাংবহুবু মুথৎপ, অশেং-বরু লৌনম্ন কৌব, পুকচেনত্তিংন মুংশিজব অমগি লাইবক্লগি

আতোরগুলাব লৌথোক্ত অপাৎপ থনম্ব, লুহোংবগি ম্রাশকপু
জুরারন লাইশোনবদ তাহনব, ওঃ, অসিগুম্ব থবক, মতুন
চপশিল্লব হকচাংদগি থম্রাইমকপু চুপথোকপ, শেংলব ধর্ম্মবু
ম্রাহৈদগি মপানশাব ওইহনব; লাইরৈবাকপু মমাই ঈচপমুক
ভাংহনব থবক, মতুগি মরমদ থল্লুবদদ তাইবং হকচাংসি
অনারোইব থবক।

রানী—আঃ ঐদি ওন্থোকইদা! করি থবক্কো, মতুন মুক লাওন
খোংইব, নোংথাকপগুম্ন হৌরিব ম্রাহৌদোক্কুদা?

হেম—(কল্লাংদ থেংলিব অয়েকপ লাইশিংদু তাম্ন মাবু চিংলগ)
সিদ য়েংঙু, লাইসিদ, অমতুদ অমুক, মচিনমনাও অনীদগি
য়েকথোকপ শকশিংদ। য়েংউ লাইবক অসিমন কয়াদ রাশি
লৈখ্রব, হাইপেরিয়নগি অথোইব মশম, জোভকি মাইথোংমক,
মার্স কি মমিং মানব কিহম্নব, ম্রাথংপীনব, ফমফম্ন পাওচংপ
মারক্যুরীন অতিয়াথেংপ চীংদোন্দ হুজিক্ক কুমথরকপ মাল্লিব,
চুংফিরাল চারব মওং মতৌমক, মতুদ লাইখুদিংন মাগি মাগি
ময়েক হাপ্লম্মব, তাইবংপান্দ তাকপ ওইন নিপা অম শোইদ্র-
বনি হায়ন। মসি নংগি ওইরম্ব নপুরোইবনি—য়েংউকো
নং হুজিক মথা তারকপসিগ। নংগি হুজিক ওইয়িব নপু-
রোইবদু লৈরেসিদ, উচিনা শৌব মানবমথৈ, মাংথোক্রব মাগি
ময়াম্ব কোনসেংবু। নমিৎ পানব্রাও? ফজরব চীংজাওথকসিদ
লৈব ভমগব্রাও অকোকপ লমহাংসিদ চাথক্লুন পাঙ্গন্দেম
ওইন খেংতুন? হা। নংবু নমিৎ পানব্রাও? নংন মসিবু
মুংশিবনি হায়ব য়ারোই, মরমদি নংগি চহিতুদ, খেরম্ব ঈতু

তেরনি, মমুক তপ্পনি, অচুম্ব য়াথল ডাইরনি. অদুগ করম্ব য়াথলননো মসিদগি অদুদ কুমথক্নরিববু ? অ্জান্দি নংগি নৈরিপোংনি, নত্রবদি নং চথোক চৎশিন তৌরোই, অদুবু শোইদনমক জ্জান্দুদি শোইনাইরবনি, মরমদি অডাওব ফাও অদুম্ন লাল্লোই, মু'ডাইবদ ময়াই কারবফাওব জ্জান্দি অদুক নাইওইথোদে, নত্তে, অস্নুক থেন্নবদদি অপাম পামদ থরদি থন্ন- নিংডাই থমগান হায়ব। কবশ্ব লাইমুননো মমিৎ পূর্নদাংদ তৌবগুম্ন নংবু শুমহৎখ্রিবা ? মিৎতি পাল্লগ উদব, উদন মুংডাইব ; নাকো' অনী থুং, মিৎ য়াওদব, নম্নবস্নু য়াওদব ; নত্রবদি অশে'ব হ'প্রে অমন থিংতং শো'ইবনদি অদুক থীন লৈথা তাহনব য়ারেই : হে ইকাইব, কদায়দ চৎখ্রবগে নংগি মাইডা'হন্নবদো ?
লাহেন্নোগনব নরক, য়ুম্বাল্লবীগি লূত্তো দ নং। অদুক লমহেল্লবদি মৈরী কল্লিব নগাদাদ থোইরু ওইরসন্নু লমচৎন, মরম্নাইগি মৈশাদ শোদোক্রসন্নু। ইকাইব য়ানি লাওনবন্নু, অকনব ঈথিলন তোর্ব্বান নমথেকপদ, মরমদি উন মশামকস্নু মৈরীথোক্র চাক্লে, য়াথম্ন পুক্লীংবু শেমতুন পীথোক্লে।

রানী—ওঃ, হেমলেট, য়া মথা তারম্নু। নংন ঐগি মিৎপু ওন্সিল; হল্লে থরাই মম্নুংমক্ত, অদুগ ঐন মত্তুদ উরে অমুব অকাইব মফম কয়া মত্তুগি মচুত্থু কোক্লরোইদব।

হেম—নত্তে, হিংথিনবনি ফমু' অনী তাইনবগি নমথীরব হুমাংমরক্ত, নত্ত লীচৎতু থোইহী হৈজিন্দুন মুংশিন্নুংওম্নতুন শোনব থোং- খিদবনি নমথীরব ওক্লোন্দ—

রানী—ওঃ, ঐডোন্দ অমুক মথা তারক্লনু, রাহৈশিংত্নন থিন্নথাংগুম্ন
ঐগি নাকোংদ চংখ্রে; ওক্লে তেক্লো, মুংশিবব হেমলেট।

হেম—মীহাৎপ, মীনুথাঙ অম, মী·াক্ট অম. হান্ন ওইবম্ব নবুংডোগি
কাঙ্গৎ তরাগি অমচুগি কুনথোকপগি অম ফাদব, নিংথৌ
ময়ামগি চগ্রী অম, নিংথৌ লৈবাক অমদি লৈডাক পথাপ
হুরানব অম, মমল নাইদব লুহুপ উপুদগি হুরাল্লগ মাগি ফুরিৎ,
থাওদ হানথিব নিপা অম

রানী—মথা অমুক তারমু।

হেম—ফদি ফরা, মত' মতাগ নিথৌ—

( ভূত থোরকই মুংদাংগ ফজোন্দ )

ঐবু কনাবিয়ু, নশান ইথক্ত থর্নাবিমু, লাইরৈবাক্কি সন্ত্রীওইাব
বশিং!--করি পাম্বিবগে নিংথিবব নঙং নতৌত্নুনা?

রানী—ইহে, মহাক'স ডাওরেদন।

হেম—লাকপিরিবচু লৈথোকপা নতাবু, মতম মাংহন্দুন অকিব নয়াথং
মক্ত ওইব থবক্ত পানব হচং হম্বহনবাগি চৈব লাকপ নত্রা?
অমুক্ত তাকপিয়ু!

ভূত—কাওগনু। হন্দক লাকইবসি নগি মচিন পংলব অনাংবচু
থৌহনব লাকপনি অদুবু য়েঁউ, চঙকপাই চংলিবসে নমাদ, নং
লেপ্প, মাগ মাগি চাক্লব থম্মোইগংগ কারক, নাপন্দি অশোনব
হকচাংদ কম্ন ওৎপনি. নমাগ রারী শাও হেমলেট।

হেম—কমদৌবিরি লৈমাশঞ্জ?

রানী—ওম্মোকপনি, নংবু কমদৌরিবগে? করিগিনো নংন লুকথরিব
নমিৎত্নুন অহাংবদ, অচুগ মশক উদব মুংশিংক রারী শাম্নিবা?

মমিংত্তুদ থংয়েং, নথরাইন অভাওবগুম য়েংই, তূম্মিব লাম্মী-শিংবু থংহৌ হৌদোকপদ তৌবগুম ফমুংদ হিম্মগুম্ব মশমহুন চপ চপ য়ম্'লে, অমাংবদ তীন্ন লেংলেং লাওবগুম। ইংলব অভাং, নথরাই হুংঙাইতবগি মৈশা মৈপী মথক্ত হৈজিল্লু ইংলব অথাংকনব। কদাইদনো নং য়েং'বো ?

হেম—মংঙান্দনি! মঙোন্দনি! নংস্তু য়েংউ, কয়াদ শুকথন মহাক্ত য়েংইবা! মাগি মতৌগ মবমগ পৃম্নগ নূংগ্নামদ হায়জরুরবস্তু মথোয়বু পাংহনব ঙমগনি। ঐখোন্দ য়েংথরক্কম্ন, হুংশিরব নতৌহুন ওন্তোকখিব য়াই ঐগি অচেৎপ রাখল, পাঙগে নীং-লিবসিন রাৎপ য়াই, অশেংব মচু পি তারকপ য়াই ঈগি মহুৎত।

রানী—কন'দনো নংন রা ঙাংইবত্তবো ?

হেম -অম্বরাইদ করিমত উদ্রাও ?

রানী—করিমত উদে, অত্তবু থোকইবসিদি উরি।

হেম—করিমতস্তু তাদব্রা ?

রানী করিমত তাদে ঐখোয়নী ঙংনবিবসি নঙন

হেম—করিাস, য়েংউনে আদৈসে! য়েংউ মান লোম্ন চৎখি্বসে ঐখোয় পাবুং, মান হিংলিডৌগ মতৌত্বদ, য়েংউ মান চৎলিব মফমসে, হুজিকমকস্তু, থোঙ্গাইদ থোকখে্।

( ভূক্তু মাংখে্ )

রানী—মসি নংগি থাপ্প শেম্বনি! মশা য়াংদব থুংশেমগি মংশান চোইরোল্পি ফন ঙাক্লাংঙাইনি।

হেম—মংলান চোইরোল !

ঐগি মিতুলসি নংগিতুম্ন মতম নাইন চোংই, মশা শেংন মখোন খোকই--মতু ভাওৰ নত্তে ঐন হায়খিবশিংতু, থাজত্রগ ঐবু চাং য়েংউ— খোদোক্লু ঐ অমুক তমগেনে ভাওবদৈ খোকইবনি খল্লবদি। ইমাশি, লেপ্প পাম্বিরবদি নথব্রাইবু চীরোলন খুমগন্নু, নংন লমলালুৰ নত্তে, ঐন ভাওবদৈনি হায়বিন্নু ; মতুন অপাংপ মফম্ন্ কুরোন অমত্তন কুপ্পুন থম্মি, তমথীরব অনাবতুদি মন্নুংদ লুংতূন উহন্দন চাথংকনি। লাল্লে হায়জৌ লাইরৈবাক্ত, খোখিবতুগি তেংথাং, মতুংদ তৌরন্নু, নাপীশিংনাদ হার হাপ্পুরন্নু।

রানী—ওঃ, হেমলেট, নংন ইমাগি থম্মোইসিবু অনীথোক্ল চীংখায়হল্লে ।

হেম—ওঃ, অতুদি লংশেকখ্রো ফত্তব মচেংতো শেংন হিংহৌনব অতোপ্প তণ্ডখায়তুগ।

বিদায়, অতুগ খুড়াগি নাক্তদি চংলুরন্নুকো। ধর্ম্ম অমদি লৈব মালহল্লু লৈত্রবম্নুকো, হৈনব হায়ব হিংচাবসি ফত্ত-লীচত্তদি লাইগুম্ন পক্লব ফিজোন অম থোনবি। পুকচেল ফাও ণ্ডসি অহিংদি, মতুন লাইব হেলহন্নি মথংদ অমুক থাংব, মতুদৈ মথং মথং লাইথখ্রনি। সুম সুম শিজিন্নরগ হৈনখিবৈ মমিতু মুংলকই, মমৈদদি হিংচাবতু ইকোম কোম্ন তাম্মোকখিব ণ্ডমই। অমুক হন্ন বিদায়, ইমাশ অণ্ডম্বসিগিদি—

( পোলোনিয়স্ত খিল্লগ )

ঐ নীঙমহৌদ্রে, অতুবু লাইরৈবাক্নদি মস্নুম্ন পাম্নমানে, ঐবু মসিন ম্নারকপ, মসিবুন ঐন. ঐবু লাইবৈবাক্কি থাংশাং ওইম্নু তমথ্রমানে। মাবু পুথ্রগে ঐ, মাবু শিহনবৈ মরমদু ঐন পীরুব তারে। অতুনদি অমুক্ক হম্ন, বিদায়। ঐ তমথীব ভায়, ফননবগিদমক। ফত্তবসি হৌরবনি, হেন্ন ফত্তবদি তুংদ লৈংেবি ………

(চংকে তৌরগ অমুক হল্লকই )

ম্না অমত্ত ঙাইরে, ফববী লৈমশিজ।

রানী—ঐবু কৈদো হায়বগে ?

হেম—ঐন তৌ হায়বদু তৌগদব নত্তে করিগুম্ব ময়মদৈস্নু পুকচাওব নিংথৌতুবু নঙ্গোন্দ লক্নহল্লু, খুজিন্ন শিকহল্লু মাগি উচীমচা হায়ন কৌহল্লু, নঙকশমদ তিক্রি হৎহল্লু, অতুগ ম্না পূম্নমকসি মঙোন্দ তাকথোকউ মতুদি ঐসি অশেংবদি ঙাওব নত্তে, ঙাওব শাজিন্নরিবনি। মঙোন্দ নংন অতুম্ন তাকথোকপ চুমই মরমদি ফজবী, মবুকই'বী, অশিংবী নংগুম্বী মগারানীন অমুক লুর, ম্নাবু লোৎকদ্রাও হঙোইদ, শেকপীদ, হোদোংদ ? কনান দুম তৌদগে? তৌরোই, জ্ঞান লৈবনিন অরোনবনি; যোংজাওগুম্ন উচেক্কি পোন য়ুমথক্ক পুথংলগ হাংদোকপদ উচেক্ক পাইথ্রগ পোনমুংদ চংতুন তারক্নগ নঙক তেক্কেরা ?

রানী—শোইরোই থাজো, ম্নাহৈসিবু মুংসাম্বরন শারব, মুংসাম্বরবুন থম্নাইন, অতুওইরবদি নংন হায়খিবশিংতু হোন্দোক্নব ঐগি থম্নাই লৈতে।

হেম—ঐ ইংলণ্ড চৎপ তারে নং মতু খঙলিনি ?

রানী—হৈমা, ঐ কাওখোকউরে, অতুম্ন লেপ্পখ্রম্নানে।

হেম—চ জুম নথ চে লৈরে, স্কুলদ তম্মিন্নরম্ব অনীস্সু, ঐন মথোয়বু থাজ্জগনি মতু পুব লৌনগুম্ন. মথোয়ন পাও পুদোরি—ঐবু মীহ্নুখাঙ ওইকুনব লমজিংদোরি ; কৈ তৌসম্ম, ফন স্নুংঙাইব কুম্মৈনি, থৌবুত্তবু মরম্নাইগি বোম্ন পোকথায়হনব খব লুব য়াই অত্তুম্সু ঐদি মথোয়ন থাকপ বোম লাংগি মথাদ গজ অম লুপথত্নুন লৈরগ মথোয়বু থা তান্ন কাপথৎকনি। ওঃ, য়াম্ন স্নুংঙাইবজাৎনি, লৈই অমত্তদ হি অনী মপাচান থেঙ্গাই-নবদি। নিপাসিন ঐবু থাওদ য়োমশিঙ্গহন্দোরিবনি, থংনব কাসিদ মাগি মশাসি থমজিল্লুব তায়। ইমাশি হন্দক্তি তশেংন বিদায়। পাওতাকনিপাসি হুজিক্তি য়াম্ন তুমিন্ন লৈবে, য়াম্ন চৌক্ন, চৌংলেম্ন, মতু হিংলিদৈঙেদদি ব্রাদ পংঙাংদ ঙাংব পং ফত্ত ওইবন্মি…লাকও ইপল, ঔযানী অমুক ঙাংনদোব লৈত্রে ·· বিদায় ইমাশি।

[ কাত্নুদগি হকচাংতু মান চিংত্নুন পুখি ; বানীন হীক হীক কপ্পগ ফম্নংদ তুশিনখি ]

---

ভহাক লৈরগ নিংথৌ চংলকই য়োজেনক্রেঞ্জ অমদি গিল্ডেনস্টর্ন লোইনদুনা।

নিংথৌ—( রানীবু হৌগৎহল্লগ ) রা য়াম্ন লৈরে নংনা মুংশা মপী থবেং থাবং হোল্লিবসিদ, মরোন্দু হন্দোকউ, ঐখোয়না খঙব চুমই নচাদি কদায়দ চংখ্রে ?

রানী—ভহাক্তুং নখোয়নী চংখোকউ। ( চংখি ) আহ, ঐগি ইবুংঙো, ঙসি অহিং ঐন উখিবতু অঙকপনি।

নিং—কবিনো, গত্রুদ ? হেমলেটপু কমদোবা ?

রানী—সমদ্রু অমদি মুংশিং কুম্ন ঙাওন, অনীতুন কনব তান্নবদ— আইন য়েংদব মচিংতুন, য়ুখল মরুমদ কন্নিগুম্বন লেংব তাবদ সং সংতোকখি মাগি থাংশাংতু, অতুগ লাওখি "উচী অম, উচী অম।" মান খংবোই কিবোই তৌবসিদ হাংখি মশক উদব করব হুন্নুব অতুবু।

নিং—ইস, লূম্নব থবক।

ঐখোয়দ থোক্লমদোবনি ঐখোয়ন লৈরম্মবস্ন, মাবু থাদোকপাসিদি খুদোংথীনিংঙাইনি পুম্নমক নং নশামক্ত, ঐখোয়দ, মী খুদিংদ। অরাবনি, ঈমু তাব থবকসিগি পাউথুমদি করি পীনি ? মীনদি ঐখোয়দ তায়ননি অঙাওব পাথংসিবু ফাজিন্দবগি ; মুংশিমনখ্ মানে ঐখোয়ন ফত্রব লাইনান নারবস্ন তাকথোকনিংদতুন পুন্সিগি মচংমথৈ পীজনবগুম ; মাবু কদায়দ চংখ্রবগে ?

রানী—মান ভাওবদৈ হাংলুর হকচাংত্ত পুখোকখরে ; অচম্ব ধাতু
মরক্ত অরংব য়াম্ভবগুম, মান কপথি লোইথরব থবক্কুগিদমক।

নিং—ওঃ, গৰ্ক্ৰ্দ লাকও লাও !
তুমিংন চীংদোন শোক্লমশোকফাংত্রিডৈ মাবু থাথিব তারে
লৈবাকসিদগি, মাগি অরানব থবক্কু য়াম্ল হৈশিংন কুপশিল্লগ
ডাকপিব তায়ে। হে। গিলদেন !

( অনাতু লাকই )

মকুপ অনীমক, মী থবগ হেঁকরো, হেমলেটন ডাওতুন পো-
লোনিয়াস হাংলে, মমাশিগি কাদগি অশিব মশাতু চিংতুন
পুখ্রে, মাবু থর থিরু নিংথিন ভাংনো, হকচাংতু পুরকউ।

( মখোয় চংথি )

লাকও গৰ্ক্ৰ্দ, শিংলব মরুপশিং তান্নবগ ঐখোয়গি থৌরমসি
থওহনসি মখোয়দ, থোকখিব মতম চাদব থবকতুম্ন—। মীগি
তাথীব্রাদি তাহবংথুন লোম্ল হেক্ত শন্দোকই। ঐগি পুক্লীংসি
মরাতপত্রে, য়াম্ল চিংনরে।

( চংমিন্নখি )

# ৪/২

## ফুরাগি ক . অমদা

## হেমলেট চংলকই.

হেম—মফম চান থমখ্রে অশোক অপম লৈরোই।

মপান্দগি কোবকই—হেমলেট! মজাইবুংডো হেমলেট!

হেম—তপথখো ভাইখো. কবিনো লাক্লবা, হেমলেট কৌখিবহ্নু কনানো? ও, মথোয় সিদ লাক্লে . . . . . . . —ও.

( গার্দ অমগা লোইনন রোজেন গিলদেন ফিংন লাকই )

রোজেন—মজাইবুংডো. অশিব ভকচাংতু করি তৌনবিখ্রবগে?

হে—মতুগ মরীমতা থোক্লব উফুলদ তিলহনখ্রে।

রো—লৈভম তাকপিয়ু মতুদগি লাইথুকন্তম তান্ন পুক্লখিনব—।

হে— মতু থাজরুনু।

রোজে—করিবু থাজবা?

হে— নংন হায়রিবহু ঐন [illegible] উমগনি, অতুগ ইশাগিন ইল্লোই হায়বদো। মতুগি মথক্ত নপুন [illegible] মর্চান করি পাউথুম পীগনি?

রো—ইবুংডোন ঐবু স্পোঞ্জগুম লৌবিব্রাও?

হে—[illegible] মতিক চুপথোক্ল [illegible] বাক্সশিংবু [illegible] হৈতুনকুয় [illegible] হান্ন [illegible] য়োংনব নথোক্লন [illegible] মতু নংবু শুম্বদনি, অতুগ স্পোঞ্জ নং [illegible]।

রো—মজাইবুংডো তাকপিরিবহু ঐ ভাব তাজদ্রে।

হে— মহুমদি ঐ সুংডাই—মীফৈত্তে য়াদি অপংব নাকোংদ তুম্মি।

রো—হকচাংহুগি লৈভম ইবুংঙোন ঐখোয়দ তাকপিব তায়, অহুগ নিংথৌ স্নানাক্ত ঐখোয়গ লেংমিন্নব তায়।

হেম হকচাংহুদি নিংথোদ লৈবনি, অহুবু নিংথৌদি হকচাংহুগ লৈতবনি। নিংথৌ হায়বসি পোৎ অমনি—

গি— পোৎ অম, মজাইবুংডো।

হে— করিস্থু লৈতব, ঐবু মনাক্ত পু। লোৎলু লমহুই, পুন্নমক মতুংদ।

( ম'ন চেনখি, মথোয়ন তান্নখি )

## ৪/৩

## ফুরাগি হোলদ
## নিংথৌ ফমই টেবিলদ, কাউনসিলর অনী অহুমগ লোইনম

নিংথৌ—মাবু থিরুনব হকচাংহুস্থ পুরক্নব মী থাখ্রবনি, কয়াদ খুদোং থীখ্রবনো মসি নিপাসি থাদোকপদ! মীয়াম মাবু সুংশি হায়হুন অকনব আইন শিজিন্নবব য়াদে। অনাব অরুব ফনব খেংগে হায়রবদি অরুব লাইয়েং শিজিন্নব তায়।

( রোজেন লাকই )

করম করম তৌরবা ?

রোজে—অশিব হকচাংতু কদায়দ থম্মুরবগে হায়বা মঙোন্দৈ থঙব ঙমজদে।

নিংথৌ—মহাক্তি কদায়দ লৈ ?

রো—মপান্দ লৈহৌই শেন্নহন্দুন, ইনিংথৌগি ম্নায়াথং ঙাইহুন।

নিং—মাবু ঐখোয়গি ইমাংদ পুরকউ।

রো—তাবিরিব্রা! মজাইবুংঙোবু পুশিনবিরকউ।

( লম্মীন ঙাক্লগ হেমলেট পুরকই )

নিং—হুজিক, হেমলেট, পোলোনিয়স কদায়দ লৈ ?

হে— অরোইব চরা চাভমদ।

নিং—অরোইব চবা? কদায়দ ?

হে – মান চাব মফমদ নত্তে, মাবু চাব মফমদনি শিংলব তীন মপৈ অমন মাবু চাহৌবি: নংগি তান্ন নংগি অমত্ত ঙাইব নিংথৌরেন্নি চাবদদি, ঐখোয়ন জীব অতৈবু নোইহল্লি ইশাবু নোইহন্নব, ঐখোয়ন ইশাবু নোইহনবসিন তীনময়ামগিনি। নংগি অনোইব নিংথৌ, ময়াংকংব চাকনিব মথেল মান্নদব য়েঙ্গাং তেঙ্গোৎ অনীনি চাকলুক অমত্তগি—মহুন অরোইবনি।

নিং—ওস্তোকপনি, ওস্তোকপনি।

হে – নিপা অমন নিংথৌ চারুরব তীলন ঙা ফাব য়াই, অহুগ তীলহু চারুরব ঙাবু চাব য়াই।

নিং—মহুগি অর্থবু করিনো ?

হে— করিসু নত্তে, নিংথৌ অমিন কমদৌনা চাকনিবগি থোইরিন্দ চংবগে হায়বত্তু উৎপনি।

নিং—পোলোনিয়স কদায়দ লৈ?

হে – স্বর্গদ—কনানো অম থারগ মত্তুদ য়েংহনবিরু, পান্তুবু মীতুন মথু হতু থেংনরক্কবদি, মফমদ অদুগা অশাম্বু চংহল্লো থিবিরু। অত্তুগা থাসিগি অহুপদ অওইবা মতম থাবু থেংনদ্রবদি মীতুনশংগি নাকলদা লৈব সিভিহা কথংহন্দ মাবু নাৎতান্ন থেংনগনি।

নিং—( মনাইশিংদ ) চৎলু—মহুক থিরকো।

হে— মহাক লৈবমদনি, মথায়ন লাক্কিব ফাওব।

( মথোয়র চৎখি )

নিং—হেমলেট, নংন হন্দক তৌকবিবসি, অরাবনি মহাগীদমক ঐখোয়ন তৌরিব বিচার অসিন, মত্তুসু নংগী য়ৈখায় থিঙ্গাই লৈতনবনি, নংবু লৈবাক্‌সিদগি থীন্দন থাব তারি। মরম অতুন শেমশাবো, হিন ভাই লৈরে, মুংশিং মইহুমসু চুয়ে, লোইনগদবশিংসু ইংলণ্ড লোমদ তমলে।

হেম—ইংলণ্ড?

নিং—মানি হেমলেট।

হেম—ফৈনে।

নিং—ঐখোয়ন নীংলিবসি উরবদি কৈ হায়নি।

হেম—মত্তু উব শাইমচা অম ঐ উরে। অত্তুদি ইংলণ্ড চংনব লাকও বিদায়, ইমাশি মুংশিরবী—।

নিংথৌ—নংবু মুংশিরম্ব নপাবুংনি, হেমলেট।

হেম —ঐগি ইমাশি—পাবুং অমম্মুং ইমাশিদি পাগ পীগনি, পা-পীদি তো· অমত্তনি, মবম অত্তুন ইমাশি ঃ ( শেন্নবশিংদ ) লাকও, ইংলণ্ড চৎনব—ঃ ( চৎমিল্লখি )

নিংথৌ—( রোজেন, গিল্দেন্স ) মাগি মতুং ইন্নখ্রো, পন্নপ পন্নপ চৎনিংনব তৌরু, থীন্থব য়াদে, ঙসি অহিং মাবু লৈবাকসিদগি চৎহমখিব পাম্মি। চৎলো, থল্লনু, ৱা পুন্নমক হিবম অসিদ লোইডুন থম্মবনি।

( নিংথৌ নত্তন অতৈ চৎখি )

ইংলণ্ড, নংন ঐবু মুংশিরম্ব য়াহ, ঐগি হাতক্ল নংবু জ্ঞান তাহ-ল্লিনি, দেনাগি থাংন শোকপগি মফমত্ত ঙাংলিবন ইকাইখুম্নবকপ যাই, চিঠি মরোলদ য়াওব নিংথৌগি যাথং, হেমলেটপু খুদক্ত হাৎনবহু। মাহু পাংলকউ ইংলণ্ড, মহাক ঐগি ঈ মমুংদ পকপ লাইথুংগ পাথক্লি, ঐ পোংখাভম থওদ্রে।

( চৎখি )

## ৪/৪

**দেমমার্ক্কি হিথাংভম অমগি মনাক লম্পাক অমদ ফোর্টিনব্রাসকী কেপ্তেন অম লাকপদ হেমলেট, রে'জ্জেন. গিলদেন অমস্টুং শেন্নব নুপাগ উন্নে।**

হেম - কনাগি লাম্মী ময়ান্নো পৈবিবসে ?

কেপ্তেন—নোবওয়েগিনি ইবুংঙো ।

হেম - কৈদৌবিদোরিবনো ?

কেপ—পোলেণ্ড মচেৎ খর লৌনব চৎলিবা ।

হে— কনান লুচীংবিরি ?

কে—অহল ওইরব নোবওয়েগি মমাক, ফোর্টিনব্রাস্ন ।

হে— পোলেণ্ডগ লান থে'ননব্রা নত্রগ তাইনব লমদ চৎলিব্রা ?

কে—অশেংবমক্তি করিমত কান্নদবা মমল লৈতব লম খুবাকমুক

পাকপ অম লৌনব চৎচরিবনি ।

হে - অদুদি পোলেণ্ডন মত্তু ঙাক্নমগদ্রা ?

কে—লাম্মী লিশী' ২ পৈতুন লৈখ্রবনি ।

হে— মুংঙাইজরে, লে'বসি ।

কে—বিদায় । ( চৎখি )

রোজ্জেন লেংলসিদন' মজাইবুংঙো ।

হে— খিৎতং চথৎলম্মু, ঐ পরপ পরপ তানখৎলক্কে ।

( অতৈ চথৎখি )

থোদোক খুদিংন ঐগি ইরাঙ উৎলি, লম্মন খুম্মু থৌজিল্লি পাংব্রব হূইদ। চারগ তূম্বন পেনবব্ মাঙাও, শাদগি করি হেল্লি? কুপ্প থঞ্জিনব শরুক ৪গি মনু'দ জ্ঞান অমত্তং, শরুক অহুম পাংদব, ইমিৎন উঁরি করিস্সু লৈতব অঙাং অমন লাম্মী মঙাম পুহুন য়েরুম মকুগিদমক খুদোংঙীব, অশিব শিংনহুন ইজং ডাকপ চংলি। ঐগি ফিভমদি করিনো? মপা হাৎখ্রব, মমা মাংহনখ্রব ঐন হুজিকপু তূম্মিবা! রাথল! ছাজক্তগি নং ঈ তানব থল্লু, নত্রবদি নং করিমত কান্নদব রাথলনি।

( হূন্নখি )

( চয়োল খর হৌথরে )

# ৪/৫

## এলসিনোর ফুরাগি কা অমদ রানী, হোরেসিও।

রানী—ঐ মহাক রাবী শানিংদে.

হো—মহাক য়াম্ন মথৱাই নুংঙাইতন উরে. মাবু নুংশিবিব মতিক চাই থজ্জে।

রানী—মান পাম্মিববু করিনো?

হো—মপাগি মরমদ য়াম্ন ঙাংই, অতুগ মান তাই হায়; তাইবং-পানসিদ লৌশিং য়াম্ন তৌনৈ হায়ব; মতুদগি মথন্দ থম্মেইদ ওজে, চরু রাইরুবু কল্লক লংথোকই; চিংনন রা ঙাংই অর্থ

ইয়াও য়াওদন, অভাবন য়াম্ন মুংঙাইরোই চিংনি অপান্ব মওংদ— ।

হোরেসিও—অচুম্বনি মবুক্ক ফত্তব মীন তাথ্রগ নত্তব রাথল থনথিনিংঙাইনি, মত্ত শন্দোক্তনব মহাক্ক রারী শাবিব ফনি ।

রানী—ফরে, মাবু চংহল্লকত্ত— ।

( হোরেসিও থোকখি )

(মথন্দ)

ঐগি নারব থরাহদ, পাপকি অশেংব মচংকুম. শান্নপোং খুদিংন রাহোদোক ওইার অচৌব অমাংব করিগুম্বগি ;

কয়াদ থম্বন মৈশা লাংখ্রবনো অরানব নংসে, নথন্দ শন্দোকথিনি কিবদগি।

( হোরেসিও—হল্লকই, লোইনত্নন ওফেলিয়া থম্মোই কায়রবী, মশর ফান মুরেংবান্দ তারবী, বাঁশী মখুত্ত পায়বীগ )

ওফে—কদায়দ লৈ দেনমার্কি শকহেনবী মবেম্মত্থ ?

রানী—হুজিকপু কমদোরিগে ওফেলিয়া ?

ওফে—( ইশৈ ঙ.ঙ ) করম্না খঙদগে নডন শেঙন মুংশিব অতোপ্পগি মচিন্দগি ? মাগি অরাংব টুপীন, চৈংন অত্নগ ফেনাং মথোম্ন ।

রানী—অরাবানি, মুংশিরবী মুপীমচ', ইশৈদুগি অর্থবু করিনো ?

ওফে—নং হাইয়ু, নত্তে, মুন্নদ তাবিসি ।

( শকই ) মহাক শিরে, চংখ্রে. মবেম্মা, মহাক শিরে চংখ্রে, মাগি মকোক্ক হোথ্রে অশংব নাপী, মাগি মথোঙদ য়ুংথে মুত্ত অমন । ওঃ !

রানী—নত্তে, অত্নবু ওফেলিয়া—

ওফে—খুরুমজরি তাবিখো।

( শকই ) কুপথিব ফিহুন ভৌরব চীংজাওগি উনগুম—

( নিংথৌ চংলকই )

বানী—ওন্থোকপনি, য়েংবিয়ুনে ইনিংথৌ।

ওফে—( শকই )

মথক্ত চাইরিব নুংশিরব লৈয়াম্ন, কপথি চৎচরোই মোংফমদদি হায়তুন, শিন্থখি পিরাং অশেংব নুংশিঈরা।

নিং—কৈদোরবগে ফজবী ইবেম্মা নংবো ?

ওফে—ফৈ, ঈশ্বরগি নোংদম্মি নং! মথোয়ন হায়নৈ মকুদি তল-হৌবগি মচানুপীনি। ইবুংভো, ঐথোয়ন খঙডি ঐথোয় করি ওইরি, অতুবু খঙদে ঐথোয়ন করি ওইরকপ য়াবদি ......

ঈশ্বরন্ য়াওবিসনু নংন লুকহাবদ!

নিং—মপাগি মবমদ থনব য়াথলনি।

ওফে—খুরুমজরি মসিগ য়াসি ভাংনমুসি, মথোয়ন মতুগি অর্থ করিনো হংব মতমদ, মস্নু—খুমবিয়ু—

( শকই ) হয়েংদি লাইওবী ভেলেন্টাইনগি নুমিৎনি, পুন্নমক মতমচান, অয়ুক্ত অতুগ ঐ চনুরা অমন নংগি মিহুখোংদ ওইনব নংগি ভেলেন্টাইন। অতুদগি হোগৎথি মহাক, শেৎথি মফি অতুগ হাংথি কাতুগি থোংজাও, চংহনথি চনুরাতুবু, থোরক্লবী চনুতু অমুক হনব তৌথিদে।

নিং—ফজবী ওফেলিয়া!

ওফে—মুরাতুন হায়খি নংন ঐবু ইস্থ্রিভৈ য়াশকথি ঐবু লৌনি হায়ন।

(নিপাত্থন খুমখি ) ঐস্মু লৌরমদোবনি, আদৈ মুমিৎন খঙনি, অত্থবু নংদি লাকথিদে ঐগি ফমুংদ ।

নিং—মান সুম্ন তোরকইবসি কয়া কুইরে ?

ওফে—ঐন নীংই পূম্নমক ফরকথিনি। ঐথোয় থাব তায়, অহুবু কপ্পব ঙ'দে থল্লুবদ মথোয়ন মাবু হুংলব লৈমাইদ হিপহল্লুনি। ঐগি ইবুংন খঙলক্কনি মসি, অফব পাউতাক্ক নংবু থাগৎচরি। লাকও ঐগি গাড়ী! বিদায়, মবেম্ম, বিদায়। ( চংথি )

নিং—মক্ক মতুং ইল্লু, খর নিংথিন শেন্নৌ এন হাপজবি।

( হোবেসিও হন্থ )

ওঃ, মসি য়াম্ন রাবন কাহনব হুনি, পুম্নমক মপা লৈথিদবদৈনি— য়েংউ, গত্রুর্দ, অন্নাবন মথন্দ থক লাক্তে, খুৎপু ফানা হৌন- রকইবসে য়েংউ। অহানবদ মপা শিব, মহুদৈ নচা চংথিব, লাইবক থীববা ওফেলিয়ান মাংলোল তাদব, মবুংমু লোন্ন লাক্লে হায়ন তাবি ফ্রান্সতগি, করম্নে খঙদ্রে তোদোবসে—

রানী—অমুক্ক ডাংবিথো ! কানাগিনো নিল্লিবা ?

নিং—কনা লৈ !

সেন্নবশা কদায়দ লৈ ? থোড ডাকলুচংলু। কৈদোরবগে ?

থৌগল ১—চেকশিনবিয় ইনিংঙো !

সমুদ্রন তোব্বান ননথেকপদৈ হেন্ন য়াংন, লাটেস ফাওরক্লে লাহেল্লোবশিং, লুচি দুন, হৌনব লীচং শাক্কং চংনবী থাদোকখ্রে, ননাইশিং ডাকশেল্লিবশিংবু নমহৎখ্রে, হৌন লাওক্লি ঐথোয়ন

খল্লে, লার্টেসপু নিংথৌ, লার্টেসন ওইরনি নিংথৌ, লার্টেসন নিংথৌ -। ( হৌন লাওব তার )

রানী কয়াদ হরাউন ওইদব রা লাওবিবনো ! ও, মচু নচৎ নত্তে, নবুক শেংদব হুইশা !

নিং— থোক্ত নমথেকখে ।

( লার্টেস থাং পায়দুন চেল্লকই কা মন্নুংদ দেনশিং তুংইন্নরকই )

লার্টেস—নিংথৌদু কদাইদ লৈ ? ইচিন্নাওশিং পূন্নমক মপান্দ লৈবিয়ৌ।

ময়াম নত্তে, ঐথোয়স্ন চংলক্কে।

লা— ঐন খুরুমজবি, ঙহাক্ক ঐবু থাদোকপিয় ।

ময়া—ফবে অদু মগাইদে, লৈহৌগে। (মপান্দ লৈহৌই )

লা - ময়াম থাগংচবি, থোক্ত ঙাকপিয়। নচং চুমদব নিংথৌ নংবনি কদায ঐগি পাবুং পীযু।

রানী ওপাখৌ, ফবব লার্টেস।

লা- ঔপগর ঈমবক অতুন লাওবি মুকশল ঐডোন্দ, মুপীন ভেম্ব হাযচন পাবুংদ, মসিদ থারি শক্তবীনি অশেংবী ইমাগি শেংলব পিশুমগি কারক্ত।

( মখোয় নাক চংশিল্লি, রানীন থংল্লি মাগি লম্বীদ )

নিং—ময়ম্নু কবিনোনে লার্টেস, তিংচায়াতম্নগুম নংগি লাহেন্নোন উংলিবসিগি ? লম্বী থাদোকউ গর্ক্রদ, করিমত্ত কিগন্নু নিংথৌবু ঙাকগেনবিব লাই লৈ ; হাইন্নু লার্টেস, নংন অদুক শাগুবগি মনমত্ত, থাদোকউ গর্ক্রদ, রা ঙাংউ নিপা।

লা— ঐথোয় পাবুং কদায়দ লৈ ?

নিং—শিখে্ ।

রানী—মান হাৎপদি নত্তে।

নিং—মান অপাম্ব হংসমু ।

লা—কমদৌন শিখি? পাপ নরক্কি বেবা লৈতে, মতিক চান ইপাগি লম্মন খুম্ব পাম্মি—থোক্লিংব থোকসমু ভাইবংসিদ অমদি মতুংদ ।

নিং—নংবু কনান থিংনি ?

লা—ঐগি অবেপ্প ইনীংন, ভাইবংপানগিন নত্তে ; পাম্বৈদি অম্মক্কি মতিক নিংথিন শিজিন্ননি থিৎতন লাপ্প চৎনব।

নিং—ফবব লার্টেস, নংন অওইব খঙলগ মুংশিবব নংগি পাবুংগি, লম্মন খুম্নব লাক্লবদ মকুপম্ম য়েক্লবস্তু, কান্নহনবস্তু মাংনবস্তু রাইশিৎপগুম লোইন শিৎতোক্লদ্রাও ?

লা—কনামত শোকলোই মাগি য়েক্লব নত্তন।

নিং—মখোয়তু খঙগে অতুদি ?

লা—মাগি মকুপশিংবু পাম্বোম তিংথোক্লগ কোনগনি, ঐগি ঈদ পাজল হাপহনগনি ।

নিং—অতুনিদন নং হুজিক অফব অঙাংগুম্ব, অশেংব অচৌ অশাং মচাগুম্ব রা ঙাংলেদনা। নপাবুং লৈথিদবগি মরমদ ঐগি ইবাল য়াওদে, মতুগিদমক ঐ খরাইশোক্ল রাবিবনি, নংন মতু রাখলদ উব ফংগনি, মুমিং মঙালন নমিংত কান্নবগুম্বনি হায্ব ।

মপাম্দ ময়াম—মাবু চংহল্লু মম্লুংদ ।

লার্টেস—করিনো করিনো। নিল্লিবত্থ করিগিনো ?

(মখুৎত লৈ পায়দুনা ওফেলিয়া চংলকই)

হে মৈশা, ঐগি থোপসি কংহনথো. থুম য়াকহল্লো মিৎকি পি শরুক তরেৎ, চাকথেকখ্রো মিৎকি মতিক মঙম! লাইরৈবাক্ত খঙনি, নংন ডাঙবিবদুগি লম্মনদি, থলদু মনিংমমাং ওন্নব খুমগনি। ওঃ, কালেনগি গোলাপ, মুংশিববী ইচন. ওফেলিয়া। হে ঈশ্বব, হন্নবৈ পুন্সিন থম্ব লাইবমুক, মুপীমচাগি রাথলবু শোইনাইহনব য়াব্রা ?

ওফে—(শকই)

মথোইন কূদ হাপ্তুন পূথি মাবু মমাই কুপ্তুন

হো-হায়ো হৈ-হা—হো হায়ো—হৈ হা, মাগি মোংভমদ নোং চুথি মিংকি পিরাংন, য়াইফব ওইযুকো, ঐগি লমখুন্ন!

লা—নংন মীবোল তাবম্মবদি লম্মন খুম্নংলমগনি মদুম্ন তৌবম্মোই-দবনিকো।

ওফে—নংন শকপ তায়- "শৈবেংবা শৈবেংবা," নংন মাবু কৌ শৈবেংব অম। ওস্তোকপনি তাইবং কাংশো নংগি মতুন! মদুদি মবুক মাংব য়ুমগোইবনি মপুগি মচানুপী হুথিব।

লা—কবিস্ব লৈতবসি ব্রা কয়াগি মথক্তি।

(ওফেলিয়ান লৈ য়েল্লি লার্টেস্ত, নিংথৌ অমসুং বানীদ অদুগ শকই:—)

মাবু অমুক লাক্লরোইদ্রা ?

মাবু অমুক লাক্লরোইদ্রা ?

লাক্লরোই লাক্লরোই মহাক শিরে,
চৎলো নংগি অশি-ফমুংদ
মাদি অমুক লাক্রবোই কৈদোউৈ।
মাগি মকোইদু ভোখ্রে উনগুম্ন,
মকোক্ত ওইখে, লীমোন মচ

(মহাক চংখ্রে)

ঐখোয়ন তোক্লে মাগি ক্ংথাব,
ঈশ্বরন খোজানবিসন্নু মাগি থরাইদ!

মযাম্মক বিদায। (চৎখি)

লা—উবিবিব্রা সিবো, হে ঈশ্বর!

নিং—লার্টেস, নংন্ন রাবগি শরুক য়াবি ঐ। নংগি খ্বাইদগি শিংলব মরুপ খিক, মাবু বিচাব তৌহল্ল. ঐখোযগি শবাল য়াথংস্মংদি ঐখোযগি থরাহ, নিংথৌ লুহুব, ঐগোয়গি ভইবিব পম্ব নঙ্গোন্দ লোইন পীগে অংপনবগ লোইনন। লাল্লমদ্রবাদি থব থাংমিন্নখিসি, ঐখোয় পুন্ন মাতকচাব থবক তৌমিন্নসি।

লা—ঙান অতুম্ন তোবসি শিাধবগি হৌনবী কম্ম পম্নমক লৈখিসন্নু, মবমং ঙান্ন শিগংখিব ডায়।

নিং—মতুনি তৌগদব, অবানব মফমদ অচৌব শিংজংন তাসন্নু। লাও, ঐগ চংসি (চৎমিন্নাখ)

— —

## ৪/৬

## হোরেসিও চংলকই নিপা অমগ

হো - কনা কনানে ঐগ উন্নব পামহৈবরো ?

নিপা—সমুদ্রদ চৎপশিংনা ইবুংঙো ইবুংঙোন পীনব চিঠি পুবকই হায়।

হো—চংহল্লকউ। ( নিপাডু খোকখি ) ( মগন্দ ) পৃথিবীগি করম্ব মফমদাগ ঐহোন্দ চিঠি পীরক্কনি মজাহবুংঙো হেমলেটগি নত্তন।

( নিপাডুগ হিহোনব অমগ চংলকই )

হিহোনব ঈশ্বরন য়াইফহনবসনু ইবুংঙোবু।

হো—নংবুস্ য়াইফহনবিসনু মহাক্ক।

হি—ইবুংঙোন হোরেসিও ঙই ববর্দি চিঠিসি ইংলণ্ড চৎপ রাজদূতন পীবকপান।

হে—( লোবগ নাকন্দ পায় ) হোরেসিও, চিঠিসি পাবগ নিপাশিংসিবু নিংথৌগ উনবব লম্বী থব তাকাপয়ু মহোন্দ পীনব চিঠি য়াওরিবনি। সমুদ্রদ চৎপ নিনা ফাজ্রবদ হিবোই-ডাকুশিংগ থেনে. মতুংদাগ ঐ হিংহৌরগ মখোয়তুন চানবিখি। নিংথৌগি চিঠিডু পীহল্লম্মগ মখোয়গ লোয়নন য়ারিবনথে য়াংন ঐগ উন্নব লাকপয়ু। রোজেন, গিলদেন ইংলণ্ডলামদ চৎল্লে। মখোয়াগ মরমদ ঐ ননাকোংদ য়া হায়রগে, তাবদ নং নরোল থোকওই।

লাকও চৎসি নখোয়গি চিঠিডুগি থুংফমদ, অডুগ চংমিন্নসি চিঠি পীরকইব নিপাডুগি মনাক্ত।

( মখোয় চৎখি )

## ৪/৭

## নিংথৌ লাটেঁসক হল্লকই।

নিংথৌ হুজিক্কি নংগি থবাইন ঐবু শক খঙলেদনা, ঐবু নংন থম্মোইদ মরুপকুম্ন থমগে হায়রনি। নং তারে অমস্তুং ভাব তারেদনা, পুকচেল চাওরব নপাবুংবু হাংখিব নিপাডুন ঐবুস্তু হাংকে তান্নরম্মি হায়ব।

লাটেঁস—মতু অশেংব মাপ্লেঃ অতুবু তাকপিব্ব করি মরমগিদমক অহুক শাথীন মরাপ লৈব নিপা, ইনিংথৌগিস্তু পোইনিংঙাই ওইবতুবু মতিক চান ব্বারকপিদবগে ?

নিং—ও, মতু থোইদোকপ মরম অনী লৈবননি, মতু নঙ্গোন্দদি করিস্তু লৈতব য়াই, ঐডোন্দদি য়াম্ন লুন থোকই। মাগি মমাশিজন হিংহবসি মাবু উবগি হিংইবনি, মাগি মমাতু ঐডোন্দন, ফব হায়গদ্র ফত্তব হায়গদ্রা, থব্বাম্মিচাক্ক মাগি লম্বীদ নত্তুন চত্তবগুম্বনি।

অতোপ্প মরম্ন, মীয়াম্ন মাগি মরালবু নুংশি ঈপাক্ত লুপশিল্লি মডোন্দ পান্নব ঐন কাপ্প তেন্দু মথোয়ন অকনব নুংশিং ওইতুন ঐডোন্দতুম হলহল্লকপ য়াই।

লা—ননাই ঐগিদি মাংজরেদো পুকচেল চাওরব পাবুং অম, অতুগ মতিক মগুণ লৈরবী ইচন অমন ফিভম কায়রেদো।

নিং—মতুন নংবু তুম্ব য়াহন্দব তৌগন্নু, ঐখোয়বু কাংথপাংনি হায়নস্তু

থন্নু; মান শান্নবিবনি কায়তুন ইকোই পায়তুন চিংবতু ঐথোয়ন য়াদৌব নত্তে।

( পাওপুব অম চিটি পুতুন লাকই )

কবিনো ! করি পাও পুবকহ ?

পাওমী—চিঠিনি ইনিংঙৌ, হেমলেট্টগি, মসিন ইনিংথৌগি, মসিন মমাশজাগ।

নিং—হেমলেট্টগি ! কনান পুবকহ !

পাওমী—হিংবোহশিংন পীরখ্বনি হায়, ননাই ঐগাদ মখোয়তুগ যেংনজহোদে।

নিং—লার্টেস, নং তাথো ......

চৎপ য়াবনি ( পাওমী চৎখ )

( পাই ) অরাংব অমসুং মাতকচাওবব, খঙবিসি—ঐ ইশাঙাক্ত খুংলবে নিংথৌশেখ ক আসদ। হয়েংদি স্নামা দ থুংজরন। স্নানাবং নিজবগে; অহুগ থঙহৌদন ডক্ক হজ্ৰবকপাগি মনম ভহারব থৌদোক্কু লাজবগ। হেমলেট। মসিগি অর্থ কাব ওনান ? মা অতেম্‌নু লোহন হল্লক্রা ? নত্রগ অবানব পাওবা—কারম্‌নু নত্তবা ?

লা—ইবিব খুৎতু থঙবিত্র ?

নিং—মসি হেমলেটাক ময়েক্লি......"ইশাঙাক্ত"......হৈব লোইর ঐ মান হায়ার "মথন্দ" মবোলসি ঐঙোন্দ তাকপ ঙম্বগদ্রা !

লা—ঐ ভাব তাজদে হানংঙৌ, অহবু মহাক লাকখিসন্ন ! থম্মোইদ তন্তারবসি ঈ থরদি শাগৎলি, থল্লুবদ ঐ হিংথখনি মমায়দ হায়নব "অস্নম শিয়ু নংদি।"

নিং—অদু ওইববদি লার্টেস-কমদৌন পাংগদগে হায়বদুগি মরমদ ঐন হায়ব ইনগেরা ?

লা—ইগুগে ননাই ঐ, পুক্লীং ইংনব থাম্বিরোইদব ওইরবদি।

নিং—নংগিদি হংনবনি। মান হল্লকপ শেংলবদি অমুক চৎনিংঙ্গবদি ঐন থৌবাং অম তৌরি, মদুদ মহাক লৈখা তাব নগুন অতৈ থম্লিংঙাই লৈবোই ঃ মান শিবদুদ কনাদম্ম মরাল পীনিংঙাই লৈরোই, মমানস্ম মদুদ শোইথিবনিদাগি হেন্ন হায়নিংঙাই লৈবোই।

লা— মদুদ ঐবু খুৎলাই ওইন শিজিন্নবিদৌব ওইববদি ননাই ঐ স্নায়াথং ঙাকচনি।

নিং—য়াম্ন ফরে। নংদি য়াম্ন লংফৈ চৎপনিন নংগি মবমদ রা য়াম্ন ঙাংনব তায় হেমলেটকি মমাংদ নংগি নগুণ অম লৈ হায়বি, মদুন নগুণ অতৈগি অপূনবদাগি হেন্ন হেমলেটপু কল্লকহনব ঙম্মি রিহায়।

লা—কবম্ব গুণ ওইরবনো ইনিংথৌ ?

নিং—নহাক কান্নখ্রব অমদি লেমখ্রব উবিৎসেক্লি। থা অনীগি মমাংদ নোর্মান্দিদৈ নিপ অম লাক্লমই, ফ্রান্সক লান শোক্লবদ ঐখোয়বোমদ যাঙথি। করিনো মান শগোল তোংবদ হৈৎসি অঙকপনি, ঐগি পুক্লীংদ মহাক্কু শগোলদ নপ্লুন পোক্লকমানে থক্লি।

লা—নোর্মান ওইববদি মহাক, মমিং লেমোর্দ কৌত্র ?

নিং—মানি মতুমক্লি মাগি মমিংঙু

লা— মহাক্কি মথোয় লৈবাক্কি মনিনি ইনিংথৌ।

নিং— মান্ন নহাকপু থাং হায়নবদ নপা লৈতে হায় মতু তাবদ হেমলেটন নংবু লংফৈদগি কৌথোক্লগ লাম্বা তৌনিংথি।

লা— মতুদগি করি কান্নদোবিব ইনিংথৌ ?

নিং—নংন নপাবুংবু চিন্দন মুংশিব নত্ৰবদি, মতম্ন মুংশি মৈরীতুবু মুথৎত্রবদি, হেমলেটস্ন থোবকলে হায়ব তাবে, নপাবুংগি মতিকচাব মচানি হায়ব থবক্ত উংলু লার্টেস।

লা— লাইথুকমশংদ মশুক্তু ককচৌবা ?

নিং—মফমু মীহাৎপব্ শেংদোকপ ভমদে, লম্মন খুন্তমগি লম ভমথৈ থম্নদে নংদি ইমংদ তুমিন্ন অতম লৈয়্, ঐন মী থাজিন্দুন মতোন্দ নংবু থাগৎত্নগে নংন থাং হায়নবদ থোইনি, শেল থাত্নগে। মতৌ মান্ন ফজন শিল্লবদি হায়নদোরিব থাংতু মহাক মুন্ন য়েংওই, মতোন পংদব নং পাইয়্।

লা— ঐ পায়জগে, থাংতুগি মতোন্দ মাইব অমদগি লৌজরকপ তু অম লৈজৈ, মতু থিবং তৈজগে, থাংতুন গিৎতে খেৎতুন ঈ থোকপদ মহাক হেক হিংব য়ারোই ইনিংথৌ।

নিং—হিবম সি খন মুন্ন অমুক খম্নবিসি, শেল থানতুন নথোয়নী থাং হায়নৌ করিংসু নংগি থাংদোন্দগি নাস্তোকথুবসু রাজুন পোত্থানবদ হকদব মতৌদ ঐন খুদক্ত ঐথোয়ন নীংলিবতু পাংনব হোৎননি। ভাইথো, কবিগিনে নিনব তারিব ?

( রানী কপ্লুন লাকই )

রানী—অরাব অমগি থোঙ্গুন্দ নেৎতুন অমন কয়াদ য়াংন ইন্নবক-খ্রবনো, লার্টেস, নংগি নচন ঈশিংদ তাতুন শিরে।

লা— ঈশিংদ ইবাক্লব ! কদাইদনো ?

রানী—তুবেন তোর্ব্বান্দ হৌবি উইলো পাম্বী অম, মতুগি অৱোব মনাশিংন ঈচেলগি মিংশেলদ মশক উংসি ; উশাদ তোংতুন মান লেংলম্মি ম লানগি লৈ পাবেং মখল মথা লৈবাং পূন্দূন, নাপীশিংনাগি লুহুপ্তু উশামদ য়ানগে লাক্লবদ তেক্কন তাখি মশাস্থ লুত্তপস্থ কপ্লিবী ঈচেন্দ। মতম খব মফিমবোলন তাওহল্লম্মি মাবু, লাইশোন ইশৈ শকখি অৱা খোঞ্জেলন, কুইদে ঈশিংন মবুক থল্লব ফিবান্দল, মাবু লুপহনখিন ইশৈ দগি ঈশিংমুংদ।

লা—অবাবনি অতুদি, মহাক ঈবাক্লাখ্র !

রা— ঈবাক্লখ্রে ঈবাক্লখে।

লা—ঈশিং শাম্ন নংন থকখ্রনিন, লাইবক থীবী ওফেলিয়া, ঐ অমুক মিংতগি পি শিন্তবরোই, নাক্লসন্থ মীন ঐবু পি লৈতব্রদি মুপী থাকখ্রনি · · বিদায় ঈনিংথো। ঐ মৈবী থোক্লব রা ভাংনিংই, অতুবু পংথহনবসিন থামই। ( চৎখি )

নিং—ঐখোয় ইন্নসি গক্রদ, মাগি শাগাক মৈবীদু হৌদনব ঐন ফন হোৎনরে, অমুক ত্রাং হীবকপ যাদ, অহুন ইন্নসি।

( ইন্নখি )

---

## ৮/১

## মোংভম লম্পাক, অনৌব তৌব অম উখর হৌরি থোঙ্গান অম নৈ

যোংপ ক, লেলচা পাযদুন জোকব অনী চংলকই, তৌদৌবগি হোংনৈ ।

১ জোকব—মুপীদুবু খৃষ্টানগি মীফমদ সমগদ্রাও মবন্নাই অবান খুভম ভাঙ্গখ্রগা ?

২ জো—ফুম্মি, চুমদ্রিং তৌ । নখো মনাইন যেংলম্মগ খৃষ্টানগি মীফুম পীবম্বনে ।

১ জো—মতুবু হৌনব্রাও মশা কঞ্জনব লুপখিব নংবদনো ?

২ জো—অতুম হায়ন তৌবদ তাববনে ।

১ জো—কদাযদৈনো মথন্দ শিজবনে আত্মঘাট ।

২ জো—ঐন হায়ব তাখো, তৌব ঙেবা

১ জো—তাইখো ঐ লোইদ্রি, সদ ঈশং নৈবে, সিদ নিপা অম লোপ্প, ফবে । সিদৈ নিপাসিন ঈশিংসিদ চংতূন লুপ্প, ববদি আত্মঘাটনে । অতগ ঈশিংসিন মনাক্ত লাক্কুন মাবু লুপ হল্লবদি মথন্দ শিজব নত্রে, মান মপুন্সি তেলহঞ্জব নত্রে ।

২ জো—অতুবু আইনলা ?

১ জো—নিংথৌ মনাইন থিবম্মব আইননে, কয়া মুংঙাইখ্রবনো ।

২ জো—অচুম্বদু থঙনিংব্রাও ? অচৌ-অশাংগি মুপী নংলমদ্রবদি খৃষ্টানগি মীফুমদু য়ারম্মোই ।

১ জো—তো মতুদনি ! তাইবংপানসিদ খৃষ্টান অমগ খৃষ্টান অমগ মাইথোং মান্নহন্দ্রি—লাও য়োংপাক ! ( কোমদ চোংথৈ ) মমাংথৈদদি অচৌ অশাং থায়রমদে, কনান থিঙ্গেল কোই, খো বান তৌই, মোংভম তৌই ·· এদামগি থবক মথোয়ন শিলহৌই।

২ জে কব—মাবু অচৌ-অশাং মচাবাও ?

১ জো—খুংলাই পায়খিব অহানব নিপা মানি।

২ জো—কদায়দৈ, মাগি খুংল হ লৈখিদে।

১ জো—করি, নংবু খৃষ্টান নত্রাও ? নংবু বাইবল থত্রাগে ? বাইবলন হায়বি এদাম লৈতোরম্মি—খুংলাই য়াওদন তৌব ঙম্লমদ্রাও ? রাঙ অমগ হংগে, নংন খুম্ব ঙমদ্রবদি মাইথীরে হাযব য়াওকে।

২ জো হংউ, হংউ।

১ জো—মহাক কনানে—চেকশ্রবদৈ, হি-শাবদৈ নত্রগ উ শুবদৈ হেন্ন কন্নব শাব ?

২ জো—মীহাং শগাই শাবচুনি, শগাইগি উচন্দু মী লিশীং অম হেন্ন পুন্সি।

১ জো—ফজৈ নংগ পাউথুমতু, অতুদ নংগি শগাইতুন ফনব তৌরিবতু ফত্তব তোবাশংদনে, নত্তে, মীহাং শগাইন লাংশোনশংদগি হেন্ন কন্নব শাই হায়ব য়াগদ্রাও। ঐগি রাহংতুদ লাকউ।

২ জো চেকশুবদৈ, উ-শুবদৈ হেন্ন কন্নব শাব ?

১ জো—উম, মতু ফোংউ অতুগ নশা রাইশংউ।

২ জো—হুম, নত্তে ; খঙত্রে । (খ'ল্লি)

১ জো—থোপ্ত শাজৈ থারনু, নংগি তল্লব লোশাহু চৈন য়ৈরগ মথোঙ য়াংখৎলকওই । মতুংসিদ ব্রাহংহু মীন হংলক্লবদি খুম্মু—মোংভম তৌব নিপানি হায়হুন । মান শাব য়ুমদি মতম্ন লৈরিবমথৈ লৈবনি । চৎলু, মহী তেঙ্গোৎ অম কোংঙু ।

( ২ শুবহু চৎখি )

( হেমলেটন হিহোনবৈ ফিজেৎত হোরেসিওগ মোংভম লম্পাক্ত চ লকই )

১ জো—( তৌন তৌন ইশৈ শকই )

নহা ওহরিডৈ, নু'শিব খঙডিডৈ, নুংশিরম্মি ঐ ; খল্লম্মি নুংঙাইব 'াস মঙাইরেদনা, মতমদ তাওহুন ঐগি ওইদৌব থিবা, ওঃ খল্লম্মি লৈতে পক্লব 'মত্তা ।

হেম—মসিবু খম্মোই পান্দব নিপারা করিনো মোংভম তৌবদ শকইব ইশৈসে ?

হো—হৈনখিবন ইচম চম্ন থোকপনি ।

হে— মহু ওইব ভায়, থবক কয়া শিজিন্নদব খুৎন থোৎপ নৌবগুম্বনি ।

১ জোকর—( শকহ )

অহুবু চহিন হুরান থোঙথা'দ লাক্লুন ঐবু ফারগ, খুজিন চাওরব খুৎলাক্ল তাওথহল্লি ঐবু লৈন্নুংসিদ, মুমদোনদ তৌহুন লৈবক্লবগুম ঐ অসে ।

( কোক্কি শরু ১ লংখৎলি )

হেম—শরু কোকসি মরৈ পাল্লম্মিবনি, মতম অমদ ইশৈ শক্লমগনি । লৈবাক শেম্ব মীগি মকোক ওইরম্মু য়াই, লাইবুম্মু নমথাক তৌগে লাক্লরম্ব—হুজিক্তি অপংবসিগি য়োৎপাক চারেদো ।

হো--মানি মজাইবুংভো।

হেম- নত্রগ নিংথৌগি অঙম্ব ওইবম্ব য়াহ, মচিন থীখ্রব, চীরোল হৈখ্রব ফজখ্রেদা আজ্ঞা মাগি শগোলদো—মমৈদ নিরক্কদবাগ তৌদ্রাও ?

হো—তৌহ মজাহবুংভো।

হেম—হুজিক্কি তাল লৈমন হানব মতোং য়াওদ্রব মতুমদ তারেদো মোংভম য়োংপাক চাবব—।

১ জে।—( শকই )

গয়ন্তো অম, য়োংপাক অম, য়োংপাক অম অতুগ মথক্ত কুপ্পব ফিডো অম, ওঃ, লৈন্নুংদ তৌগনি কোম অম মবমদি পাক্লব মীহুগ মতিক চাবনি। ( শরুকোক অমম্ব লংথংলি )

হেম—অমম্ব লৈরে। মসিমদি উক'লাগ মকোক ওইরম্ব য়াদ্রাও ? কদায় নাগি মতোংদে, কেশশিংদো, মতাংশিংদো হুজিক ? নিপাস হিংলিডৈদ লৌ য়াম্ন লৈরম্ব য়াই, দলিল অনী লোং-লম্ব য়াই, শেল য়াম্ন তাল্লম্ব য়াই, মতুগি রাকো'শেম্মা মকোক্ত অমোংপন ফুল্লিবসে ?

( চ'শিল্লগ হংই )

কনাগি মো'ভম্নো 'সবো অহল ?

১ জাকব—ঐগিনি ইবুংঙো।

( শকই )

ওঃ, লৈন্নুংদ কোম অম তৌব তাবনি, মরমদি লাকইব মীহুগি মতিক চাবনি।

হেম—মন্নুংদ নং লৈ হায়দুন নংগিনি হায়ব তারেনে।

১ জো—নং মপান্দ লৈ, অতুন নংগি নত্তে; ঐগিদি ঐ মমু·সিদ লৈতে, অতুব ঐগিনি।

হেম—করম্ব নিপাগিনো ন·ন তৌরিবসিবো ?

১ জো—নিপা অমত্তগি নত্তে ইবুংঙো :

হে— অত্তুদি করম্ব নুপীনি ?

১ জো—নুপীগিসু নত্তে।

হে— অতুদি কনাবু ফমদোবি ?

১ জো—নুপী ওইরম্বা অম, ইবুংঙো, মহাক্কি থরাইদু ইংন পোথাসনু নুপীদু লৈখিদ্রে।

হে - ঈশ্বরন সাক্ষী, হোরেসিও, চাহি ৩ শুবে ঐ য়েংলকইবা, হুজিক কালসিদি লৌউবাগ খুদোন্ন অডম-অথোগি খুন্নিং অস্তুক নক্ল চৎলে মত্তুদ মখোঙ খুনান তৎলে। কয়া কুইরবগে অহন্ন মোংভম তৌবিরকইবা ?

১ জো—লৈখিদ্রব ইনিংথৌ হেমলেটন ফোর্টিনব্রাসপু মাইথীব পীখিব নুমিত্তগিনি।

হেম—মতু কয়া কুইরবগে ?

১ জো—মতু ফাওব খংদ্রাও অনঙব খুদি·নম্নু থঙবদো ? যুবরাজ হেমলেটন পোকপ নুমিৎতনি; ডাওখিব, ইংলণ্ড থাখিবদো।

হেম—করিগিনো মাবু ইংলণ্ড থাখ্রিবদে ?

১ জো—ডাওবদগি থাখিব, মতুদ চৎলগ ডাওব ফরুনব, ফত্রবসু মখোয়তুদদি বেরা লৈতে।

হে— করিগি ?

১ জো—মতুদ'দি মাবু ডাওই হাযব খডনবোই, মতুদ লৈরিব মীশিংতু মাদৌন ডাওব ডাক্কনি।

( শকুকোক অম পুখৎলকই )

য়েংউ ইবুংঙো, যোবিক্কি মকোক্কি, নিংথৌগি ফাগি পুবগ্ন নিপাদো।

হেম—কদায় য়েংগে। ওস্তোকপনি যোবিক, ঐ মাবু খডডি হো-বেসিও ওস্থাক্ক মুংডাইথুব নিপানি। মান ঐবু মনঙ্গন্দ পোথিব লিশাংলক্কি, মসিদ মচিন্নান লৈবগ্ননি ঐন মতু কযারক চুপ খিব নিংশিংদ্রে. হোবেসিও নং ঐন কোইব নুপীগি কাদ চংলগ মাগি মচিনবান্দূ ইঞ্চি ১ থানব পেন্ট তৌ থব হায়বিক্ক—মাবু নোকহল্লু . …ডাইখো ব্রা অম হংগে।

হো—কবিনো মজাইবুংঙো ?

হে— আলেকজান্দা'বগি মশক্কু লৈগুংদ অমুম্ন উবিবোইদ্রা ? অমুম্ন নমথীবিবেইদ্রা ?

( শকুকোক থাদৈ )

হো—চপ মান্নবনি ইবুংঙো।

হে—আলেকজান্দাব শিখ্রে, লৈমুংদ ফুমখ্রে, উফল ওনখ্রে, লৈথোম ওনখ্রে, নিংথৌবেন সীজাবগ্নু পৃথিবীবু কিংনবাদো লৈথোম ওনখ্রে, ফক্লাং অংহাব ব্রাই তৈনখ্রে, নিংথমথাগি মুংশিং চংদনব। ডাইথে', নিংথৌ, রানী, অডম-অথৌ ময়াম লাকই, কনাগি মতুংদনো ইমবকহৎবসে, শম্ন তৌব্নিবসে মথন্দ শিজব তারেদন থুপ্তুন লৈরগ য়েংসি লাও ( উ মক্কমদ লৈখি )

( মো'ভম লম্পাক্ত মীয়াম লাকই খুমদব কু অমদ ওফেলিয়া পুরহুন ; লার্টেস, নিংথৌ রানী, পান্ত্রী, অতৈ থরগ ইন্নরকই )

লার্টেস—কবি কবি 'হৌনবী থৌ ব্রাংলিবগে ?

( হেম—মসি লার্টেসনি, কয়াদ লেমখুব পাথংনো য়েংউ।

লা— অতৈ করি তৌগদৌব ব্রাংলিবগে ?

পান্ত্রী—মাগি মীশিন মক্ষম শুডদবনিন কবিস্থ থোইদোকপ তৌর-রোই ; তৌনবীদৈ হেন্দোক্ত শাংনবু তৌরবনি। লৈমুংদ থম্মগ লৈবাক খোংচিনব লাই শোনব অতুন লোইরে।

লা— তৌবিব কোমতুদ থম্মো, ( থম্মি )

মাগি ফজবব মোংখিদ্রিব ত্তোংদগি পেরুক লৈ কয়া চোংখং-লকসন্নু ! ঐন হায়রিবসিনি অদাং মানব পুরোহিত, নংন কপ্ল লাওন মাবু ফম্মিৎে ঐগি ইচন্দি নোংদোন লাইরেম্বী ওইখ্রনি।

হেম—কবি, ফজববী ওফেলিয় !

রানী—( লৈ থাদবগ ) মুংশিবদ মুংশিব লৈ, কায়নরেদকো ! ঐন নীংলম্মি নংবু ওইহনগে ঐগি হেমলেটকি মুপী, ঐন থল্লম্মি লৈতেংগে নংগি লুহোংফমুং শানৌ, অতুগদি নংগি মোংভম্বদ লৈ চায়বেদো।

লা— ওঃ, অহুম ফাংন ব্রাব, তাসন্ন অব্রাব অহুমতু তরাবক মপাপ চেন্নব মকোক্তুদ, মহাক্কি তমখীবব থবক্ত নংগি জ্ঞানবু ব্রাং-হনখিব ! লৈবাক্তু অমুক্ত খোংচিনখিন্নু, অমুক্তুংগ হন্ন মাবু পাম্বোমদ পমজখিগে।

( লৈমুংদ চোংথৈ )

হুজ্রিক্তি থোংখরো লৈবাক্তু লৈত্রবগি মথক্ত, লৈতেম অসিন রাংথংতুন অশংব ওলিম্পাস চীংদৈ হেনখিনব।

হেমলেট—( থোরক্লগ )

মহাকপু করিনো মাগি অৱাবত্নু অশুক হক্ল পুনব উরিবা ? মাগি ভেংখা থোলহেক্ল শুমহুন কোইন চংলিব থৱান মৈরাবু লেপহনব, ভকপন থাংতেক্লারব অভাবশিংশুম ? ঐ হেমলেটনি দেনমার্কি।

(লার্টেস মনাক্ত চোংথৈ কোমদ )

লা— ( মাগ লাক্লগ ) লাইমাংন নংগি থৱাইত্নু লৌথিসমু !

হে— নংন শোল্লিব লাইশোন্দু ফত্তে। ঐন হায়রিবসিনি থোবীদৈ নখুংশাত্নু লোথোকউ, ঐ শাওগংতে, ফিংগংপসু নত্তে, অত্নবু ঐভোন্দ খুদোংথৗনিংঙাই ওইব থব লৈ, মদুন ফনৈগশিংত্নু-নসু নংবু কিহনগনি : নখুংত্নু লোথোকউ।

নিং—মথোয়নীসি থায়দোকউ।

রানী—হেমলেট, হেমলেট !

ময়াম—লৈবাক মচাশা !

হোরে—ফরব মজাইবুংডো, ইংখরিথো।

( মীয়াম্র থামদোকই, কোমদৈ কারকই )

হে — বেরা লৈতে, মাগ ঐগ হিরমসিদ লাম্বা ভোপে, মিংকি পাশিংব কুপ্প তন্ত্রিবফাওব।

রানী — করিনো নিপামচা, করম্ব হিরমদনো ?

হেম—ঐ ওফেলিয়াবু মুংশি, মবুং লিশীং নিফুন মুংশিবত্থু পূনশিল্লগ ঐগি চাংসি য়েৌব য়ম্মোই...... নংবু মাগিমমক কবি তৌব ভমগদগে।

নিং—ওঃ, মা ডাওরবনি, লার্টেস।

রানী—ঈশ্বরন থওনি, মাগ তৌনম্ম।

হেম—ঈশ্বরন সাক্ষী. নং কৈদৌব ভমগদগে উৎলু, কপ্পশিরা ? য়েনসিবা ? চরা হেন্নসিবা ? চু থরসিরা ? কুম্ভীর চানসিরা ? ঐ তৌসি হায়ব অম য়াই। নংবু সিদ কপকে লাকপ্রা ? মোংভমগি কোমদ চোংথব তানসিরা ? মাগ ফুমজিনমিন্নথ্রসি হায়বস্থু য়াইয়ে, লৈবাক একড় লিশীং কয়ানো থোঙ্গিলকসনো ওশা চীংবু ভডোইগি ফগ্রীমুক্ত পিরু উহন্নব ? নত্তে, চিন কনব তান্নসি হায়ব্রা, ঐস্থ নংদোন থীন হৌন চৈব হৈনিয়ে।

রানী—মসি ডাওব নত্তন কবিস্থ নত্তে, মতম খব অস্থম্ম শারৈ হৌবগুম্ম লৈথনি।

হেম—তাবিব্রা নংবো, ইবুংডো, কাবগিনো নংন ঐবু অত্তুম হায়ন তৌবিরবা ? ঐ নংবু মতম পুম্বদ মুংশিখি. মত্থ কৈস্থ লৈতে, হার্কুলিশ মশামক্ত মাম ভম্ব তৌজসনো. হৌদোংন ভ্যাও থোংনি, হুইন মাগি লম্বীত্থু চৎকনি।

( চৎখি )

নিং - হোরেসিও, ইবুংডো, চৎলু নং মাবু থর শেন্নরু ... ...

( হোরেসিও ইন্নখি )

( লার্টেস্ত লোম্ন ) থাংব কল্লু, ভরাং মুংদাং ডাংনখিব ব্রাফমত্থ

তানব তৌসি। ফবনী গৰ্ক্ৰদ, মজাইবুংগোতু মী থৱবু শেন্নহল্লু।
মোংভমসিদ মুংলগোইদব ফুবা অম খিনগনি। পু: অমরোমদং
তুংন তপ্প লৈখিব উসি, মতু কাওবদং থাংব কন্ন লৈখিসি।

( মখোয় চংখি )

---

## ৫/২

### ফুবাগি কোলদ; চৌকি. বেঞ্চ, টেবল কয়া থারি, নিংথৌ রানীন ফম্নবসু য়াওরি।

হেমলেট—অমদি হোবেসিও ল্লাবী শাতুন চংলকই।

হেম - ফিভম পূম্নমক্কু নিংশিংইদ৹ ?

হো—নিংশিংজবি মজাইবুংগো।

হে - ইবুংগো, ঐগি থম্মোইদ লান অম তৌবি, মতুন ঐবু তুমহন্দে — ঐন থল্লি তিম্পিবতু মুংগোইত্রে লাংলোকবগি কৈশুমশংদ লৈবদৈ হেন্ন। পুন তৌকব খুজিন থৌবাংন শোইরবদ ঐথোয়ন খওডি, ল্লাথংসিদি কয়া থন্দবনবু ফব্রা, মতুন তাকই নোংদম অম লৈ পম্পুংভম য়েকাপনব, থীন শোইদংথনি ঐথোযন নৌংজব থোশাবিদন—

হো—মতু শোইদন তৌই।

হে— ঐগি কাদৈ হৌগৎলে, সমুদ্রগি ফিজোন শেৎলম্মি, অমম্বদ মাতুন মখোয়দু গিরে, মখোয়গি চেখাওত্থ খেংনতুন পূরগ হল্লক্লে, নুংশা থীখিবন হৌনব হৌনদব কাওখ্রে, ফাক্লুন য়েংবদ কবি খেংনগি হোরেসিও নিংথৌগি নমথাক—! চপচাব য়াথং, দেনমার্ক্কি, ইংলণ্ডগি য়াইফনব, শিংজংন ঐগি ভক ককউ মত্থ উবদ মতম মাংহন্দ্রে ঐ—

হো—অওইব্রানে মঙ্গাইবুংভো ?

হে—চেসি অশংবদ পাবগ থভগনি, হুজিক্কি মথাদু তাখো।

হো—মত্থদগি কমদৌব ভমথবিয়ু।

হে—চিঠিদু ঐন শেমদোক্লে, লৈবাক শেম্বশিংগি মতৌ তমজুন ইংলণ্ডগ দেনমার্ক চান্নব হেমঙ্গৎনব চিঠিসি হেক পাবগ মতম মা হন্দন পুরকইবশিংদু খুদক্ত অভাং ওলহল্লু।

হোরে—কদায়দৈ সীল নমই।

হে—মত্থস্থু লাইন তৎনে, ঐগি শেঙ্গাওদ পাবুংগি সীল য়াওরম্মি, মত্থদৈ পাদম লৌবগ দেনমার্ক্কি সীল শাখিবনি। মত্থ ফজন থুপচিল্লগ হান্নগি মফমদ থম্মুই, মখোয় কনামত খভদে। মথংগি নুমিত্ত সমুদ্রগি লান্দু খেংনখি, মথাদি নংনে তাথবদুনি।

হো—গিলদেন অমস্তুং রোজেনদি চিঠিদু পীরুবা চৎথ্রেনে।

হে—মখোয়ন য়ান্ন পামজখ থবক্তনি।

হো—খভদ্রে, করি নিংথৌনো মসিবো!

হে—ঐগি পাবুং নিংথৌ হাংখিব, ইমাশিবু ওকহন্দব, ঐগি নিংথৌ খুভমদ তিংথং ওইব, ঐগি থৱাই লৌনব খোইচোপলম্ব—মাবু পাম্বোম আসন লোইশিনব থৱাইন তাকপ অশেংব য়া নত্রাও?

হো —ইংলণ্ড চংখিবতুগি পাউদি মডোন্দ থৌন্দন থুংলরমিদো।

হে— থৌল্লোই, হাংইব মতমসিদি ঐগিনি। মী অমগি পুন্সিদি কুহদে, "অম" হ'য়হোবদেহেল্লোই। ঐন মুংঙাইতবদি ফবব হোরেসিও, লার্টেসপু ঐন কাওকৎসিনি, মাগি দশাগ ঐগিগ অমওনিদে'—ঐ মডোন্দ হায়জগে। মতুদ মানস্থ রাবন ফহল্লিব মবিংজেলতুন ঐবু কয়া শাওহনখ্রবগে হায়ববু—

হো—তুমিন লৈবিয়ু, কনানো অম লাক্লে।

( ওস্রিক কৌব থিক্লেম্ব ফাগী মানব অডম্ব, কুরিৎকোং মশা পানব লিৎপ, টুপী অরাংব উপ্প অম চংলকই )

ওস্রিক—মজাইবুংডোন দেনমার্কত অমুক হনবিবকপসিদি ওন্থোক্লনু ঙাইখ্রে।

( টুপী লৌথোক্লগ মকোক নোল্লি )

হে— ঐন নোল্লুক্ল থাগৎচরি অডম্ব।

ও— (অমুক থুকুম্মগী) মজাইবুংডো রাইশংন লৈবিববদি ইনিংথৌদগি রা অমত্ত তমজগে ?

হেম—অডম্ব ইবংডে থাই যাওন তাজনি। (টুপী হাযতুন লৈব উতুন) টুপীতু মকম চান শিংজন্নৌ, মতু কোক্কিনি।

ও— ইবুংডোবু থাগৎচবি, ওন্থোক্ল শাথ্রে ঙসিদি।

হে— কদায়দগি, ঐবু থাজো, ঙসিদি ইংখ্রবপোৎনি, মুংশিৎসি অরাংলোমদৈ শিৎলি।

ও— অওইবনি ইবুংডো, থৌশাদন ইংখ্রে।

হে— অতুম ওইনমক, ঐন খল্লি, ঙসিদি ওন্থোক্ল ওমচাক্লন শাথে ঐগি কুচুসিদদি।

ও— য়াম্ন ওমচাক্লবদৌন তৌই হায়ভম থঙদে ইবুংঙো……অতুগ ইনিংথৌন থঙহনবিবকই মজাইবুংঙোগি স্নাখুৎক শেল য়াম্ন থানবগি ৱা অম ।

হেম —কাওস্নু টুপীত্ন ।

ও— ননাই ঐ স্নুম নুংঙাইজত্নুন । মজাইবুংঙো, লার্টেস হল্লক্লে - মতিকমগুণ লৈখ্রে, শৈবাক মচা তাবগি প।দমনি, ইনিংথৌন ওস্তোক্ল মাবু থাগৎখ্রে. মশানস্নু মমল কানব য়েঙ্গ্রৰ কয়া হৈখ্রে । ইবুংঙোস্নু মাগি মতিক নহৈ থঙবিরিনি, লাম্বা লৈতে হায়নৈ।

হেম—করি খুৎলাইদনো মাগি লাম্বা লৈাত্র:বা !

ও— হায়ন থাং অমাদ থিম্ন-থাংদ।

হে— অনীত্নরা মাগি খুৎলাই।

ও— লার্টেস্ত ইনিংথৌন থাবে পোস্থা, শগোল অত্ররালা তরুক, ননাই ঐবু স্নাখুৎত থাজৌ হায়রি ফ্রান্সকি থাংশাং তরুক মখুন্নচিংব কোন্নন অতুগ গাড়া অতুমগ লেমথ্‌ব ফজথ্‌ব ।

হেম —মরোলন করি করি হায়নব ?

ও - ইনিংথৌন তাকপিরি মজাইবুংঙোগ লার্টেসক থাং হায়নবদ ১২ গি মনুংদ ৯ লক য়ংল্লোই হায়ন। থীন্দন চাং য়েংননি হায়রি মজাইবুংঙোনবু য়াবিরবদি ।

হে— ঐন ওস্মোই হায়রবদি?

ও— মজাইবুংঙোগি ইজৎকি ৱানি ।

হে— ঐ স্নুৱাহদ হঙ্গৎহন্দা চৎতুন মুংশাশোর হোল্লমগে । হায়ননব

থাং পুহল্লকউ, নিপাদু য়াহল্লকউ, নিংথৌম্ব মবুকচেল লেপহনলকউ। ঐ মাগিদমক থোইবিগে ওম্মগ, ঊমদ্রগ ইমাই থুগে, থাং চাগে।

ও— ননাই ঐ তমজরুবগে। ( নোইন্থৈ. টুপী হায়বগ চংখি )

হো— মতোক পানব উচেকসি পাংখে।

( অণ্ডম্ব অম লাকই )

অণ্ডম্ব—মজাইবুংঙো, ওস্রিকস্ন পাও থাখিবহুনি ইনিংঙোন, ইবুংঙোনম্ব ল'টেঁসক থেংনবিগে হোৎসিদ শায়বিবকই হায়। য়েথোকপিখিগেরা থেংনবিরগেরা পাও অমত্তংগি ননাই ঐ লাকচবনি।

হেম—ঐন লেপখিবহু হোংদে নিংথৌগি মপান্ন মতুং ইন্ন। মানবু ওম্মনি হায়রবদি ঐগিদি য়ারে হুজিকপু ওইরবস্নু, কোন্নবু ওইরবস্নু, হুজিক লৈরিব হকচাংস্নুন্ন ওম্মবদি।

অণ্ডম্ব—অহুদি নিংথৌ. রানী, অকৈ অতৈস্ন সিদ লাক্লনি।

হেম—মতম চারেনে অহুদে।

অণ্ডম্ব—নমাশিজন মজাইবুংঙোবু থাং হায়নদ্রিডৈদ তরাম তরাম তৌনৌ তাকপিরকহ।

হেম—মহু অফব পাওতাক্লি।

( অণ্ডম্বহু চংখ্রগ )

হোরে মজাইবুংঙো, হন্দক থেংমদোরিবসি মাইথীনি।

হেম—ঐদি অহুম্ন থন্দে। মান ক্রান্সত চংখিবদগি ঐস্ন তংতন

শাইগ্নি। ঐন ৰম্মি নীংই, অতুবু নংনদি ঐগি থম্মোইদ মুংঙাই-
ত্রিব অসিগি মাদ থগ্লি মসিন কেম্ম তৌরোই।

হো—পুক্নীংদ চিংনব খিংতং লৈবৰ্দি তোকপিয়ু, মথোয়ন লাক্লগ
হকচাং মুংঙাইত্রি হায়জগে।

হেম—কৈম্ম তৌদে, তুংদ থোক্লদৌবদি ঐখোয়ন শিংনৈ। থোই-
দোকপ নোংদম নৈ শেন্দাং অমন নৈলখা তাবগিম্ম। হুজিক
লাক্লনি হাযবৰ্দি, মত্র লাক্লনি—হুজিক লাক্ত্রবম্ম তুংদদি
লাক্লনি—শেমশাহ্ন লৈবন লোইবে। কনামতন থঙদে মহাক
করি থনমগনি হায়ব, অত্নদি থোক্লিংব থোকসম্ম।

( থোগনবশিংন ফম্ননব ফাল, চৌকীন চিংব হোঞ্জিল্লক্লগ থায়;
মথংদ ট্রমপেৎ থোংব ড্রম য়ৈব লাকই; নিংথৌ, রানী, ওস্রিক
অমস্থং অতম্ব অম জজ ওইন লাকই, হায়ন থাং থব পুরকই,
টেবিলদ থমই ফকলাং ময়াদ; মমৈদ লাকই লার্টেস থাং
হায়ননব ফিজেৎ শেংতুন। )

নিং—লাও হেমলেট, লাও, খুৎসি ঐগোনৈন্দ লৌরগ শোক্লরো।

( লার্টেসকি খুৎতু হেমলেটক পায়নহল্লি অহুদৈ বানীবু চৌকীদ
ফমহল্লি। )

হেম—ঐ নঙ্গোন্দ লানথ্রে, ঐবু ঙাকপিয়ু ইবুংঙো, নহাক লৈবাক
মচা তাব নিপা অমনি। উবিরিবসিদৈ থঙবান তাবম্ম শোইদন্‌
তাবিরম্মনি শাথীন মুংঙাইতব অমন ঐবু লাক্লরি। ঐন
তৌখিব থবক্ল শাওনিংব নচিং হৌংল্লবদি ঐন সিদ লাওথোক-
চরি মত্থ ঙাওবদৈ তৌখিবনি। হেমলেটন লার্টেস্ত লানথরত্রা ?

নত্তে হেমলেটন। হেমলেটপু মঙোন্দে লৌথোকখবগ, মহাক্ত মহাক ওইদ্রগ লার্টেস্ত লানথব্রবদি হেমলেটন তৌব নত্তে, হেমলেটন মতু য়াদে। অতু দ কনান তৌবনে ? মাগি অডাওবতুন। লানবিবব কাংবুদ হমলেট যাওই, মাগি অডাওবতু লাইবকথীব হেমলেটকি য়েক্লবনি। যুম ব্রাংম লান্ন তেন কাপ্পুবদ শোকখিবনি ইচন্নাও অমদ, ঙাকপিয়ু পুকচেল চাওব শাখলন।

লার্টেস—লম্মন খুন্থ চুমই হায়বসি ঐ যানিংখরে, অতবু ইজ্জংকি ব্রাফমদদি ঐ তোঙান্ন তায়, অচোপ অবেম শঙব কনাগুম্ব ওঝাশিংন ঐগি মিংচং মাংলোই হাযন তাকপিদ্রিফাওবদি ঐ চান্নগে নী দে : মতমতু যৌদ্রিফাওবদি হৌবিব কইব মুংশিবসি লৌজনি, মুংশিব ওইন, মতুদ অরানব তৌজাবাই।

হে—ঐ অপানব লৈতন য়াজবে, ই চন্নাও ওইন শিনবসি ইকিংতিংন শান্নবদি, হায়নথা শিংতু পীব্রবো, কদায়।

লা—লাও, ঐঙোন্দ অম পীবো।

হেম—ঐ নংগি নগুংা থোগৎপ ওইগে, লার্টেস। ঐগি হৈতব অমম্ব অহিংতু নংগি নহৈন থব্রান মৈবা ওইতুন ঙালহল্লু

লা—ঐবু করেম্নবিবে মজাইবুংঙোন।

হে—নত্তে, খুৎসিন খঙনি

নি—ওস্রিক, হায়ন থাংশিংতু পীব্রো।

( ওস্রিক এংং পীবৈ, লার্টেসন অম লৌই, অমুক অনীরক হায়ন্তুন থিন্দুন শান্নে ) নিপামচা, হেমলেট, নং থানব্রিব পোন্থাতু খঙইদনা ?

হে—নিংথিন খঙজে, অশোনব নাকন্দ ইনিংথৌন শেঙ্গাও থাংবিবি।

নিং—ঐ কিদে মতু, নংগায়নীমকপু উরে—অতুবু মান ফগংলকপন, মতোন্দ শেঞ্জাও পুবিবনি।

লা – মসি লুম্বল্লি, অংোপ্প অম শনগে।

( মেজ মনাক্ত চংলগ তু তৈব, মনিে পংদব থাংতু লৌরুই )

হেম —( ওস্রিক্কুগি অম লৌই ) মসিন ঐবু নিংথিন পাম্মে। থাং-শিংসি শাংবদি মান্নেকো ?

ওস্রিক— মান্নে, মজাইবুংনো।

( জজশিংন হায়নফমতু শেমই, হেমলেটস্ু শেম শায়, মীনাই শিংন য়ু লিক্রীগ থক্লব পাত্রগ পায় )

নং—য়ু লিক্রীশিংতু মেজ ময়থক্ত থিল্ল। হেমলেটন অহানব নত্রগ অনীশুব থাংভম পীবদি নত্রগ অহুমশুবদ মশাদ শোকহন্দ্রবদি ট্রম্পেৎ খোংউ, নিংথৌন থক্কনি মাগি ন্নুংশাশোর নিংথিন হোন্নব ; দিক্রীন ট্রম্পেৎত তাকসন্ন, ট্রম্পেৎন নোংমৈ তোপ্ত, নোংমৈন লাইবৈবাক, লাইবৈবাক পৃথিবীদ তাক্কনি। "হেম-লেটকি যাইফনব নিংথৌন থক্লে হুজিক," তৌরো, হায়নরো, জজ নথোয় নমিৎ শিংউ। ( মনাক্ত কপ থম্লে, ট্রম্পেৎ খোংলে হেমলেট, লার্টেস মাগি মাগি মফমদ লৈরে )

হেম – লাকপিয় অথোব।

লা— লাকপিয় ইবুংঙো ! (হায়নৈ)

হেম — One, অম !

লা— No, নত্তে।

হে— Judgement, জজগি মিৎয়েং !

ওস্রিক—থাংভম অম, ময়েক লাখ্রব থাংভমনি। ( মখোয় পোথায় ; লিক্লী, ড্রম, ট্রম্পেং নোংমৈ তোপ কাপ্প ভায় )

লা— মরে, অমুক।

নিং—ভাইখো, থক্রব পীযু ( কপ অম পী ) হেমলেট ( মনি থাঙ্গংলগ ) মুক্তাসি নংগিনি মশা ফনবন সি! ( থকই, মুক্তাদু কপ্ত থাদৈ ) থক্লবত্ত পীব্!

হেম—খুৎহায়সিদং শান্নজ থগে হান্ন, ভহাক্ত থঁম্বিথো। ( শমত্তুখিলে টেবিলদ থম্মি ) লাকপিয় ( অমক হাযনৈ অনীত্ত ) থাংভম অমস্সু, করি হায়বগে ?

লা— শোকথিবনি, শোকখিবনি, ঐ ইশান য়াই।

( অমুক তোকনৈ )

নিং—ঐখোয়গি ইচান ভম্ব তারে।

রানী মহাক হুমাংন চোৎলে, মুংশা থবেৎ থবেৎ হোল্লে। সে হেমলেট, ঐগি রুমালসি লৌবো নরাইবক্তু তৈথোকউ। ( রু াল পীকই, টেবিলদ ১ৎলগ হেমলেটগিদমক থম্ব কপ্ত পায়খৎলুই রানী ) নংগি লাইবক ফনব বানীন থকই, হেমলেট।

হেম ফরবী ইমাশি।

নিং—থকউন্নু গক্র্দ।

বানী—ঐ থক্কনি ইনিংথৌ, ইবাল ভাকপিনব নীজরি।

( থক্লগ হেমলেট্র লাল্লি )

নিং—( তপ্ন ) মসিদি হু য়াওব কপ্তুনি, মতম তেনখ্রে!

হেম—থকপ ভমজখিরোই ইমাশি হুজিকস্সু,—ভহাক লৈরগ থকচগে।

রানী—লাও, নমইত্ত তৈথোকপিগে। ( তৈথোকই )

লা— ( নিংথৌদ ) ইনিংথৌ, হুজিক ঐ থাংভম পীজরগে।
নিং— ঐ থাজব ঙমদে।
লার্টেস –( মথন্দ ) অহুবু মসি থব্রাইনদি কয়া য়ানিংদে।
হেম—লাকও লার্টেস, অহুমশুর্'স। নংদি সুম তপ্পানন উই, ঐন হায়জবি নংন ঙম্বমথৈ কম্ম হায়জরকও, ঐস্থ চিংনরে নংন ঐবু থৌশাহনব্রা থল্লে।
লা— মজাইবুংভোন অহুম হায়ববা ? লাকপিয়ু (অহুমশুবহু হায়নৈ)
ওস্রিক—অনীমক লৌনদে। ( হন্দোকনৈ )
লার্টেস—( খঙহৌদন ) য়েংউসে হুজিক!
( হেমলেটন চেকশিল্লিভে, থিতং শোকহনখি; শাওরহুন নকশিন্নবগ মুরুবদ থাং ওম্নৈ )
নিং—থায়দোকউ, মথোয়নী শাওনরে।
হেম—(চোংশিল্লি) নত্তে, লাকখো অমুক্ক।
( রানী তুথখি )
ওস্রিক—রানীহু য়েংঙু, কনা কনানো!
( হেমলেটন লার্টেস্ত থীন থিল্লি )
হো—অনীমক ঈ তানবে। কবম্লো, ইনিংথৌ ?
ওস্রিক—( লাক্লবগ ) কৈদোবে লার্টেস!
লা— ( লোন্ন ) কৈস্থ নত্তে, ঐন থাকচব লাংদ থুবনি ওস্রিক। ঐবু চুম্ন হাৎলবনি ঐন তৌরুব লৌনম্ন।
হেম—রানীহু কমদোরে ?
নিং—মথোয়ন ঈ তানব উবদ পাথৎলিবনি।
রানী নত্তে নত্তে থক্লবহুনণি, থক্লবহুননি—ওঃ, ইমাগি মুংশিরব হেমলেট থক্লবহুননি, থক্লবহুননি! ঐ হু চারুরে। (মহাক শিথি)

হে— ওঃ, মীরৈহৎ। কনা কনানো—থো° লোন'সল্লু। নমথাক!
থিগৎলু মহু।

লা— সিদ লৈবে, হেমলেট। নং শোক্রবনি হেমলেট, কান্নররোই
নঙ্গোন্দ হিদাক্ল তাইবংপানগি, মঙ্গোন্দ লৈত্রে থঙভ পুংথাই
ফানব পুন্সি, লৌনম্ব থা তু নখুৎত পায়বে, মচিনপংদব হূ তৈবতু
ইরালন ঐডোন্দ ওনসিল্লে, য়েংউ, ঐ য়াদ্রে, অমুক হৌগৎলরোই,
নমাশিস্থ হু থকখ্রবনি—নংথো, নিংথৌগি মবালননি।

হেম - মচিন্দ হু তৈবব! অহুদি, হু, নখো তৌ।

( নিংথৌদ থিল্লি )

ময়াম - থাজব হাংপ! থাজব হাংপ!

নি --মরুপশা, ঐবু কল্লু, ঐ থিংত শোকই।

হেম —সিদ লৈরে, ফমলাব, মীহাংপ, নচংনাহদব দেন,

( নমহুন হু পীথকই )

হিদাক্সি থংগাকউ, নংগি লৈপুনসিদ লৈবে, ইমাগি মতুং
ইনখ্রো।  ( নিংথৌ শি )

লা— মাগি মতিক চারবনি, মহাক্ল শেমজথিব হুহুমাক্ল। পুকচেল
চাওরব হেমলেট, ব্লারৌনঙ্গুসিকো, ঐ অমদি পাবুংন শিবগি
মরাল নঙোন্দ লৈতে নংন শিবাগস্থ ঐন ন.ও। ( শিখি )

হেম—লাইরৈবাকন নংগি নরাল লৈহন্দসন্থ! ঐস্থ নতুং ইল্লক্লনি…

( তুথৈ )

ঐ শিরে হোরেসিও। লাইবকথাবী রানী বিদায়! মরোলদি
থোক্কন ভাবোক ওইরিব থোদে কসিদ, ভর্কালব অমাদি মশা
নিক্লিব নংঙোন্দ, মীফা চেৎপ দারোগা অশিবন নতম পীরবদি

ঐন নঙোন্দ হায়রম্ব ঙমগদবনি—অতুব্রু ওইরসন্থ ফরে, হোরেসিও, ঐ শিরে। নংদি হিংহোরি, ঐগি য়াহৌতু চুম্ন তম্বিয়্ মবুক পেন্দবশিংদ।

হো – মতু থাজরম্মু,
দেন অমনি হায়ববুদি রোমগি খুনম্মুংমীনি হায়বন হেম্ন ঐঙোন্দ পক্কনি—সিদৈ মহীসি মথাক থর লেম্মি—

( কপ্তু পায়থংলি )

হেম –( হৌগংলগ ) নংন নিপা অমনিন, তেঙোংতু ঐঙোন্দ পীয়ু, হৈদোকখ্রসি মসি ঈশ্বরগি মিংদ! (লৈবাক্ত হৈদোক্লগ তুথখি) হে ঈশ্বর, হোরেসিও, কয়াদ মিংদা থীখ্রবনো, য়াশিংসি খুঙনদন স্নুম লৈহৌরনি ইতুংদ। ঐবু নংন করিগুম্বা থম্মোইদ লুন থম্মিংরবদি, মুংঙাইব থদোক্তুন মতম থরদংদি তমথীরব তাইবংসিদ য়ান হিংহৌথো ঐগি য়ারী লীবিনব ……

( লাম্মী চংপগি মখোলতায় ওস্রিক হল্লকই )

ওস্রিক -পোলাণ্ডগি লান ঙমহুন ফোর্টিনব্রাস হল্লক্লে। নোংমৈ মখোলসিন ইংলণ্ড চংলুবাশিংবু ওকপগিনি।

হেম—ঐ শিরে হোরেসিও, মতিক লৈরব হূন ঐবু খুহুম চনখ্রে। ইংলণ্ডগি হল্লকপ পাও ঐ তাব ফংলরোই, নিংথৌ মীথন্দি ঐন থাজৈ ফোর্টিনব্রাস্ন কাখ্রনি, ঐম্নু মাবু পাম্নই হায়ন তম্বিয়্ মথাদি তুমিম্ন লৈব, বিদায়!

হো—কায়খ্রেদো লেম্মব থম্মোং অম [illegible]য় মুংশিরব মজাইবুঙ্ঙো! লাইয়াম্ন ইশৈ শক্তুন নংবু তুম[illegible]!

—লোইরব—